[ পুস্তকালয়গী সাহিত্য পরেংগী অহানবা লৈশক ]

# থম্বালনু শৈরেং।

ইবা —
শ্রীএমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা
পারঙ্গত, শিক্ষণ কলা প্রবীন।
হিন্দী অধ্যাপক, ৱাংজীং সেকেণ্ডরী স্কুল।

পাকোংবা—
শারদা পুস্তকালয় য়াইরিপোক।

# কচ্চবা

মালং সংসার থাদোক্তুনা
প্রভুগী খুয়া তানখ্রবা
পূর্ব্বাশ্রম ৺ইবোবা শর্ম্মা
পাবুংহনগী থূয়াখাদা,
'থম্বালনু শৈরেং' কৌরবা
লৈচন চাদ্রবা পীক্লবা
মিংলু পিরাংগা লোয়ননা
কচ্চরি তোল্লা-নচানা;
লৌবিয়ুকো খুৎথেংননা
তোল্লবা নচা তোম্পোক্কী
থম্বাল লৈরাং নাচোমসে
লমন শিংবা শকচগেকো।

নচা—
শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মা

শ্রীনন্দকিশোরনা ইবা 'থম্বাল্মু শৈরেং' পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। মৈতৈ সাহিত্যগী মচাক ৱাত্তে, থিবা ৱাত্তুনা লৈবনি। শ্রীনন্দকিশোরনা অনৌ-অনৌবা শৈরেং ইরকখিগনি, সাহিত্যগী সেবা মপুং ফানা তৌরকখিগনি হায়না ঐনা আশা তৌই।

শ্রীইবোতোম্বী সিংহ
ইন্সপেক্টর অফ স্কুলস, মনিপুর
তাং ৫ | ১০ | ৬৬ ইং,

শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মনা ইবা 'থম্বালম্নু শৈরেং' কৌবা কবিতা পাজরে। কবিতাগী ছন্দ কায়দনা নাটক অমনা ফোংদোকপা ভম্বা রস পূর্ন্নমক নিংথিনা ফোংদোকপা অসিদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। থুপতুনা লৈখ্রবা মৈতৈগী অরিবা ৱারী অমসুং লোলবু অমুক হন্না পুথোকপিরক্তুনা চাও-খৎনবা হোৎনবিবগীদমক কবি অসিবু থাগৎচরি। কবি অসিগী তুংগী য়াইফবা মতম পূর্ন্নমক্তা নিংজরি।

শ্রীলোইতোংবম গোপিমোহন সিংহ
হেড মাষ্টর, ৱাংজীং সেকেণ্ডরি স্কুল।

# বা থরম্বং।

'থৱালন্থ শৈরেং' কৌবা লাইরিক মচা অসি ইবা লোই-জরগ্ুনা ময়ামগী মাংদা লাম্হোকচরি। লাইরিক অসি ইতিহাস নত্তে। মরম অসিনা ইতিহাসকী থোদোক লাল্লি হায়না হায়বীরোই নীংঙ্গৈ। মীওইবনা হৌখিবা থোদোক ৱারী অতুমক নীংথিনা চন্না থোংাচলহোন্দ্রবা থোদোক ৱারীবু কায়দনা লীবা—ইবা হায়বা অসি য়াম্না অরুবনি। অতুনা ইতিহাস হায়বা অসিগী মন্নুংদা অৱানবা কয়ামরুম য়াওই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নবা অসি অচূম্বনি। মশৌ অমুন্না য়াইরিপোক থম্বালম্নুগী ৱারীম্থ অহল-লমনশিংগী মত খৱা খেন্নে। তৌইগুম্বম্থং থোদোক অসি থোকখি হায়বসিদি থাজনীংঙাই ওইরে।

য়াইরিপোক থম্বালম্নুগী থোদোক ৱারী অসি লেখকনা হংজ-থিজরুবদা য়াম্না ৱান। থংনীংঙাই ওইবা অমম্থং অথংবা অহল-লমনশিংনা তাকপিরকপদস্থ চিংনবা মরম খৱা য়াওই। মত্তুদি—

**থম্বালম্নুনা পোকপা অমম্থং পোক্লফম**—মুজা থম্বালম্থ অসি য়াইরিপোক্তা লাংওল্লি হায়বা অসিমথৈদি খ্বাইনা হায়নরে ১ম্থং অয়াম্বনা থাজনরে। পম্ভৌ য়াওদনা নাউয়োকই হায়বা অসিম্থ হায়নরে। তৌইগুম্বম্থং মুজানা পোকপা অসি য়াইরিপোক্কী করি লৈকাইদনো হায়না হংবদা পাওথুম অমত্তা তিন্নদে। কনানা হায়— থম্বালম্নুনা পোকপদি য়াইরিপোক তোপ চীংথাদনি,

কনানা লৈম্নাইদি, কনানা নাংখোনা... ... নি বা... লৈকাই-দন অমসুং কনানা য়াম্বেমদনি হায়নৈ। মযাম অসিগী ...ম্নু দগী অয়াম্বনা থাজনরিবা অসি য়াম্বেমদনা নম্না থ জনৈ। য় ইরি.প ক হায়বা মিংথৈ অসিস্নু য়াম্বেমদগী হৌরকপনি। য়াম্বেম্না য়াই-পোক্কী ময়ায়নি।

শাগৈঃ—থম্বালম্নু অসি করম্ব শাগৈদ পোকপগে হায়বগী মশা দম্নু মত খেন্নে কনানা ব্রাহে.বমনি হ য়, কনান রুরীবন ন হ য় অমসুং কনানা শগোলশেম। অম্না মত অমত্তা মান্নদে। অহুবু শগোল-শেমদা ওইগনি হায়বা অ সনাথরা য়ামই ময় ম্না থ জনবা হেন্নি।

মসি পূম্নমক অইনা নত্তে। মতম অদুদা পোংচল-হৌদবা মরম্নন ম ৯ম অদুগী মৈতৈ সমাজগী ফিভমদম্নু থরা থম্ননীংঙাইনি। গম্ভীরসিংহ সনা হক্তক্কা অন্নানা লানদারকতুনা মৈতৈ অসি য়াম্না খুদোং থারুবদগী থরা থরা কোক্করকপা মতমগা ওইবনে. শিক্ষাগী ব্যবস্থা ফত্তবনা অসিগুম্বা ব্বারী অমদি থোদোক অসি ইতিহাসকী লামায়দা ময়েক লানা ইড়না থন্নিন্নবদি তুংদা মৈতৈ চম্নুগী অফ-মিংচংকী নীংশিংনবা ওই-হৌগনি হায়বগী ব্রাথলগা চেন্দবনে, থোদোক ব্রারী অসি নোংমা নোংমগী কাউনখিবনি। মসিগী মরম্না মাগী ব্রারী চুম্না লৈবিবা ওম্বা অসি হৌজিক্কা থরা তাঙনা থোক্লিবনি।

চিংনবা থরা অসি লৈরবম্নু মৈতৈচম্নু থম্বালম্নুগী পুন্সিদা থাদোকপগী পূকচেল মীয়ীক অমত্তা ওইরবম্নু য়াওবা ব্রারী অসি তাজরুবদগী লাইয়িক মচা অসি ইজবনি। শিক্ষাগী থাক্তা নোংম-নোংমগী ব্রাংখৎলক্লিবা মৈতৈ সমাজদা ফুম্বৎলব্রবা তাড়ুনা

লৈখ্রবা বাবী কয়া পুথোরকতুনা সাহিত্যগী লৈচন ওইরনবা মতম অসিদা পিকখ্রবা লাইরিক মচা আস নুঙা খম্বালমুনা মশাগী ওইজবা থাদোকখিবগী মরমদা খংনীংবগা লোয়ননা অমুক্তং পবিরবাদ লেগরা হোংনজবগী মহৈ য়াম্লে খঙ্গগনি।

শারদা পুস্তকালয় য়াইরিপোক্সা লাইরিক অসি ফোংবীরে। মসিনীদমক্তা পুস্তকালয়বু লেখক্কী মায়কৈদগী তোবীমল থংবা উচরি। লাইরিক অসি ইজবদা রহৈ রাগ সুংঙাইতবনচিংবা শেমদোকপিবা অমদি প্রকাশনগী মতাংদা খুদোংচাবগী সজেশন পীবীবা শ্রীমান এম, ইবোহল সিংহ আজাদ এম, ই, স্কুল অমসুং শ্রীমান নিংথেম শর্ম্মা শাস্ত্রী, আইডিয়ল জুনিয়র হায় স্কুলগী ওজা অনিগী মফমদা পুনসিনিমগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন অমা শোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসি অমুক্তং নীংথিনা পাবাদুনা ভুংগী উৎসাহ খরদং পীনবীবগা লোয়নবা রাহৈনা ফোরওর্ড তৌবীরকপা শ্রীযুক্ত ওজা ইবোতোম্বী সিংহ, ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস্ মনিপুর, অমসুং শ্রীযুক্ত লোইতোংবম গোপীমোহন সিংহ, হেড্ মাস্টর, রাংজাং সেকেণ্ডরী স্কুল, ওজা অনিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগচরি। অরোইবদা থম্বালমুগী রারী তাসি লীবিরকপা মায়কৈ অসোমগী অমদি রাঙ্গোই বস্তিগী অহল-লমনশিংবু ইশাগী মায়কৈদগী তোবীমল থংবা উৎচরি।

লাইরিক অসি পাঠকশিংনা পাবিদুনা নৈনবীরগা অশোয়-অরান খিবাক চুমথোকপিরকপদা লেখক্কা হিতৈসী অমা ওইনা খঙ্গদুনা হরাউনা ইঙ্গগনি।

শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মা

তাং ২৪ | ১১ | ৬৬ ইং।

## প্রকাশককী মত খরা

শারদা পুস্তকালয় :— রাংনা লৈরবা ইরৈবাক্কী সাহিত্যবু অমুক্কা হেন্না য়াংনবা মচাক অমত্তং পুথোকচবা ওয়াংতগী ওইবা লাইব্রেরী অসিনা ওমজবগী অশা তৌজদে। 'তাইবং শুমহৎনীংঙাই ওইরবা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈনম অমসুং অশেংবা লৈশকপু মায়কৈ অসোমগী ওইবা মীওইশিংবুসু ফংহনবা অমসুং খাংহনবা' অসিনি লাইব্রেরী অসিগী আশ।

ইরৈবাক্কী সাহিত্য সেবাবু মপূফানা ফজগে নিংজরম্বিবা শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মানা মাগী 'থম্বালনু শৈরেং'বু লাইব্রেরী অসিদা তরাই তরাইনা শিন্নবিরক্কনি হায়বসি থাজবগী য়াংমদা লৈরম্বা য়াফম্নি। অদুবু শ্রীশর্ম্মানা লাইব্রেরী অসিবু মুংশিবিবদগী অমহিক্তা লাইব্রেরী অসিনসু পামজবা য়াফম অমা ওইনা থোকপদগী লাইব্রেরীগী ইহান হানবা থৌরম অমা ওইনা 'থম্বালনু শৈরেং' হায়বা লাইরিক মচা অসিমক্তং শোক ১৯৬৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা ফোংদোকপা ওমজবা অসিগীদমক শ্রীশর্ম্মাবু লাইব্রেরী অসিগী মায়কৈদগী ওমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। অদুগা লেখক মশামক্কী অতোপ্পা লাইরিক খরঅমসু শিন্নবিগনি হায়বা তাজবদগী লেখক্কী মফমদা তৌবিমল খংবা ফোংদোকচরি অমসুং মহাক্কী লমন অমা লাইব্রেরী অসিনা তোনশিঞ্জরি।

শৈরেং অসিগী সাহিত্যিক গুন সাহিত্য প্রেমী-প্রেমিকাশিংনা নৈনরিবগা খংবিগনি। থোইদোকপা অমদি— মনিপুরগী ইতিহাসকী গুনবু হেন্নৎহন্নিংঙাই ওইবতা নত্তনা মৈতৈ মুপীশিংগী হাম্নদগী

লৈয়কপা তোপতোপ্পা থোনা অমসুং থাদোকপা কয়াগী মমিবু মপুং ফানা তারবী য়াইরিপোক চন্নু থম্বালনুগী পুনশি রারীবু শ্রীশর্ম্মাগী মতম পুম্বদা নৌরবা, মেঙ্লবা রাহৈ রাতানা মপুং ফাবা মওংদা শৈরেংলবা লাইরিক অসি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা অনৌবা লৈশক অমা ওইনা শাৎহনবা য়াগদ্রা হায়না আশা তৌজে।

লাইরিক অসি নমজবদা লায়রবা লাইব্রেরী অসিবু মুংশি-বিহুনা হায়জবা পূম্নমক য়াবিরক্তুনা থোরম অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবিবা এম, গৌরো সিংহ প্রিন্টিং রাক্স, ককচিংগী তৌবিমল লাইব্রেরীনা কাউজদে। লাইরিক অসি নম্বদা পুফনচিংবা লৌবগী মরমদা অরাবা কয়া পুবিথিবা শ্রীমান রাই, বিহারী সিংহ, আজাদ সেকেন্দরী স্কুল, য়াইরিপোকী হিন্দি ওজাবু তৌবিমল থংবা উচ্চরি।

লাইরিক অসি অহানবা খুৎনম ওইবনা রাহৈগী বানাম্নচিংবা অরান-অহুই থরা য়াওবা অসিগীদমক পাঠকশিংনা ঐখোয়গী ইরান ঙাকপিগনি।

শ্রীএম, ইবোহল সিংহ

তাং ২৫।১১।৬৬ ইং, সেক্রেটরী, শারদা পুস্তকালয় য়াইরিপোক

তাইবং লৈলাগীদমক খৃৎশেম খূঁজিন থৌরাংবা
মপু মাবু খুরুমজৈ তাইবং চৈরাক ঝায়েনবা।
কপ্পা নোকপা য়াম্না মাগী কূম্মৈ ওইরিবা
নিজৈ ঐনা অসিদং মগুন মাগী শকচবা।।

# থম্মালনু শৈরেং।

অহানবা শৈখন।

## তেংথাবা।

—( ০ )—

লুখ্রা শাংঙেল লৈকোন্দা লৈরাং নাইতোম পোমজবী,
লৈরাং লৈখোক তনোপ্না মালং তাম্থা য়াওনবৈ।
ইথুং শেরা তৈবদা হৱাও মীনোক তমজবা
লৈরাং লৈশক খংনীং'না বসন্তনা লাকপদা,
মতম চান্দ্রি মতাগুম মালেম-নুংদা নুংবংখি
লৈরাং মাগী লৈনাথক' বসন্তনা লেংশিনখি।
শাংঙেল মাবু ঙাইজবা ওল্লাংথানা লাকপদা
থম্মোয়মুংদা ওমচাক্ল নীংবা কায়না হঞ্জখি!
ইঙা নোংবু ঙাইজবী-ইংঙেল থাদা শাংপনা
খংবা ঙমদে কনানা চিন্নদনা কেনখিনি।
অৱেম্বদা কেনখিব'দা কল্লকচাউবা তাইবংনা
লৈরাং খোংগুল লীৱক্লোই থম্মোই শোকপা য়াওহোরোই,
লৈনম হূবা মালং'না নংগী নগুন শকহোরোই
লাইজ-ঈরোম্নুংডুদা অৱেম্বদা মাঙখ্র'নি।
নংগী মিংথৈ তাহোবা থম্মোই শোকপা কনানা
লৈরাং কোলোয় শক্তুনা পাম্মুই পাম্মুই শোলহোনি।

## থম্বালনু শৈরেং

লৈরাং' লৈশক তম্লম্বা শীড়েল' লৈমম; শল্লম্বা
অপাম কাগী খোইমুনা লৈরাং' লৈরিক অচুম্বা,
মতাং চানা চ্ পহোদে তকশি শোম্না লৈহোনি
কল্লক চাউবা তাইবংনা লৈরাং নংবু কাউবনি।
ওইজথিবা মালীনা মতাং চানা হেকহোদে
লৈমা নিংথৌ য়োহোদে মুংশুরুনা লৈহোনি।

* * *

মৈতৈ লৈম'ই মমোয়্লোই হাদ মুরা থম্বালনু
য়াইরিপোক্তা লাংওনবী লুখ্রাকোনগী অখোইমু।
শক্ত-চুদ তথোৎপী পোইরৌ পাপ্পাল শীংজেলনু
য়ারা কোলোয় নীংথিবী মিংথৈ লোম্না শাজৎনু
লাইজ ঈরোল চনখ্রবী মৈত্রবাকী পলেমনু
লায়র-লায়থুং কোকওমদ লৈত লায়না ফওমদা,
পু-পাংদি শুদবনা তাইবং থম্না উশিঙ্কে
মপু সনা মপুংয়াই কপচ লাউজ তাবীদে।
'হাদ চীংঙু নোংদম্বা করি নোংদম কৌবগে
মীরম্লেন্দা পোকহল্লে মীচং মীথায় নাইবি'মু!'

## লায়র-খাংপোক।

—( ০ )—

নোংচুপ লৈইঙ্গী চীংখাংদা গোবিন্দনা ঙান্থোইবা
নোংপোক ভারম পাংবদা হরি'ই স্নথোং ওইরিবা।
শিবলিংগ ঙানবনা অরাং পন্তক চীংজাউনি
থৌবাল তুরেল য়াম্বদ-চেন পোইরৈ লমদম য়াইরিপোক,
লাইনা থাবা লমদম্নি মহৌশা শেম্বা মালিনা
মখুৎ চংনা শেমজবা থরায় য়াওনা থাজবা।
হৈশা যেংই রাক্তেদো লৈরাং য়েংই নোপ্তেদো
তরা মচা তিন্নফম লৈবা যোনবা শিন্থারি।
শেলোই খারী লেপক্লা তরা'ই মিতম ওইরিবা
পোইরৌ চীংশাং অশূকপা শীংদা-য়েন্দা রাক্তেদো।
পোইরৌ ঈপাক নীংথিবা তাইবং চীঙ্গাক তূংনফম
কোখা থাংজিং থরো থমচেৎ য়েল্লাং কেঙেঙাই কোমপ্রেক,
মহৈ মরোং মনামশীং অরাৎ-অপা লৈতবা;
মকুম-মঙ্গা য়োৌবদা থরো থম্বাল খিবিক্লা
মালং ইপোম তু ইম্না খেক্লা হাইনা শাৎলিবা।
লিরি শীৎপা মালংনা শিংঙেল লৈনম পুতুনা
তাইবং পুক্লিং পেন্নবা মায়গৈ থুংনা য়েল্লিবা।
লৈরাং লৈনম ফংবদা লৈহী পাম্না খোইমুশিং
মায়গৈ লৈনা পাইরক্লে—লৈরাং লৈকা তথোৎপা,

## থম্বালনু শৈরেং

খোইমু' ৱারে পোত্থ,ফম নুংশি ৱ,রী শানফম
মালং ইপোম ফংবদা ইকাই ফিরুক খুমজৈদো।
লৈহী পাম্বা খোইরাবা লৈন-লৈন কোয়শান্না
পায়মনুং' নুংশি ফিগৈ হাংউ হাংউ তরুরি।
ৱাত্ত-পাদ কোনসিদা লাংওনখি চনুরা'মা
পঙ্খৌ য়াওদ নাউয়োকপী লুখ্রাচাদি থম্বালনু,
মদুনিংথৌ তম্ফাজাও ম'চিনমপ্‌া অনিনা
লায়রবী মমা চাউবীগা অৱা থাংপোক্তা লেল্লমই।

* * * *

নোংমা কোরৌ নুমিত্তা ইনুং শোরা তৈবদা
কোরৌ য়ুমথক'মা কাবদা অচীক' তাঙ্গ ঙাইজবা,
কোরৌ শীংবুন থাঙমদা লোইদাম থাশিং ককঙমদা
চহী কুমজা কয়া চুপ্পা ৱানা লৈখোং শঙজবা;
চীংজাউ খোইমু লৈপানবা মায়গৈ লান্না পাইরক্লে
লৈন-লৈন য়েংদুনা লৈৱাং কোয়না থিরক্লে।

লায়র কোন্দা পোক্লবা লৈতকোন্দা চাউরবা
কবু'ই লোকমাং অচীকপা চাক্লা লেম্না খুন্দাবা,
নোংবান মানব'ই হুইরোইনা মপুই হৈনা তুংইঙ্গা
য়ারৌ শক্তি তানবদা তিমেন তা-না ময়াম্ব'ই;
খুবোম ঈৱম ফাৎপদা মবেম' নাক্তা পাউদারু

## থম্মালসু শৈরেং

অাওবা তোয়না কপথি'লম লয়েন হুইকপ খুল্লাওনি।
পাথংনা চীক্লা লাংওনবা কোলোয় মিংলেন মুহোনসিং
লেয়ে তুংগোন খ্যাংদা কি খুত্তা নোয়েন পায়দুনা,
লাইজ ইপোম লাংদুনা য়াকই হিনাউ শায়কপা
পোইরো ঈপাক য়োয়ক্লে লেয়ে ওামি থেম্মক্লে।

*          *          *

---

## পোইরো লমদম

—( * )—

অসোমদনা কমদোরি সুয়া ওাঙোই নীংথিবী
শল্লাং কোয়গক্লয়কঙৈ চয়ে' থোয়দোম শেংলকঙৈ,
হকচাং পোলাং' তোঙান' থম্মোই থম্মোই তিমবী
নিংভোল পাঙল ওইরিবী থোয়নৌ মতা চামবী;
শানৌ সুয়া অনিনা ঘয়ো থম্বাল হেক্কুনা
অয়ুকী ফজ' য়েংলম্বী নিংভোল পুক্লিং সুংঙোবথি।
"থোয়নৌ ইতা চামবী য়েংঙনে ইতা ললিতা
লাইজমা ঈমায় চৌমবা শীংঙেল লৈচু' মথল মর্থল,

## থম্বালগী শৈরেং

মচি মচি খুদীংদা থাংজীং হৈনা কোয়বাক্ন’
লাইজনা কো’গোন থিল্লবা সনানা মরক হৎলবা;
অশং’ ফিরাংজিথক্তা’ তাইবং শেম্না মপুবু
লেংশিনবিয়ু মতাগুম ফিদা ওইনা থাব্রিবা!
থম্না খেঙ্গোং তনৌবা ঙাঙ্গানবা অয়ুক্তা
মাইগৈ শু দাই তব্রা শন’ হৱাউ মখেল্লাংদুনা,
মুংঙাই মথোই কাবদা হৱাউপুংদা লেপ্তুনা
তাইবং শেম্বা নীংশিংনা কোব্রো নোং’দোন ওন্দুনা
মিৎলু তরং ঈহোৱা লাইজ’ই খুজোক কৎলিবা!
লাইজ ইপাললাংলিবা পোম্বী চেক্লা কয়ানা
হৱাউ মথোই কাজনা থৱাই তানা শান্নরি।
কোব্রো মঙাল ফংবদা ৱাংলৈ থরদং ওইর’সু
পুন্সি চেংজেন লৈরিবৈ তাইবং লীলা য়াওদুনা,
মথল মথা শাপেক্লা য়ুরান’ জগোই শাব্রিবা!
ইঙা থাদি ওইবনা শংবানবা অঙ্গ্যাদা
নোংলেন মপৈ মপৈনা শক্লোল চামা পুথোক্লে,
নীংঙক নীংঙক শাওংনা তাইবং লীলা শান্নরি।
চীংদোন্দগী হাইথরকপা উব্রোক পরেং পরেংনা
মালং ইপোম’ তাউব্রিবা ঈপাক তম্না পাইব্রিবা।
লোকচপ্ত’ই চেন্থরকপা লুপা’ই মহী ঙমজবা
ঈফুৎ মচা মচানা তাংথক নাইনা চেন্থরকপা,

লাইজ'ই য়াম্না খোঙ্গেম্না ঈশৈগুম নাকোং থম্লিবা
য়েংউ য়েংউ থুদিংদা মিংফম হোংবা য়াদেদা।"
খোয়নৌ মতানা হায়রকই—"শাংঙেম্না পোমশাংনবরবদা
লৈকাদা লৈগী চেল্লবদা অপাম কাদ'ই পাইরকতুনা,
খোইমু' লমদম ওইরদনা কোয়ৌ মশাং য়াম্মক্লে।
খোইমু শাথপ তোয়রকত্রবা পায়না পুক্লিং মুংঙোনবা
থম্মোইমুংদা খোয়শাউনবা পোমশাংনবী'ই হৌনশানি।"
"করি বানো ইন্তারোই মপুই থোজান ফংলবা
নিংঙোল কাগী লৈরাং কয়া খোইমু মাবু ঙাইবতনা,
শাংঙেল মাগী লাইনিংলা লৈরাং মাগী মথৌরা?"
"তাইবং মপুনা শেম্বনি অনি তূনা থাবনি
তাইবং শিন্থা লাংদনা নাইতোম তাবা পামজদে,
পুন্সি ইথৌ পাঙদনা ইথন্তগী থনফদে।"
"ইথন্ত'ইস্থ থনফদে তৌইগুম্বমুং অন্তুগা
নাইতোম তাদ্রবা জাতিনা লৈখা তারদি করিগুম্বা,
তুংগী য়াইফ থনবনা মীথোই মীহেন নীংবা কয়া
মিতা চাউবা তাইবংদা মাগী পুন্সি কথোকতুনা;
মুংশি' কয়া কায়নবদা মুংশিব,ই মথন মথেন
শরুক তাংথক নাইদনা কৎথ্রবদি য়াইবী থরায়,
কনা'ই মাঙ্বা লৈতনা তাইবং ঙম্মা ফৌনি।"
"অপাম্বা রাখল থাদোক্তুনা লৈজ'কয়া কথোক্তুনা

ৈলরাং' লৈনম লোত্ত'গুম অতোপ্প'ই পেম্ম থল্লবা,
মৈতৈ' থাদোকপী কয়া নাহক মোংশোং কয়াদা
লোইজী লোয়া খুদীংদা মখো'ই মিংচৎ মণিদো;
তাহৌর'দা নত্তগা মাংথ্র'দা কয়িগুম্বা
থংবী উবিদ লৈথ্র'স্থ থিজিন'কনবা কয়ানা,
লেংদ' মিংচৎ মণিদো নোংমা শোয়দনা ফংলক্কুনা
জাতি'ই থাওমৈ ওইহন্দুনা অশেং' মঙাল ফাওরকনি।"
তরং লাইবাউ ফংবগুম মুয়া শানৌ অনিনা
য়ারা অসি তাদুনা তুংওইনমা য়েংখি'দা,
অথংবনা মাংওইনা ইকায়থনা তুংওইনা
'হায়মা' হায়বা রাহৈনা মতাম্রোয়দা কোল্লগা;
অয়ুক্তা থরোনা তোবগুম চীক্রা লেম্না লৈথরে।
চায়রবী মতাম্রোয় শীংঙেল হেক্কে হায়শিম
নাথৈদুনা চৎথরে খম্বাল মদোম ঙায়হৌরে।

* * *



# শরী নামুংনথরে।

—(*)—

"ঙসি কোরৌ নোংসিবু কপ্পি নোংবু ওইরিগবা
লম্বানমখৈ খংঙুদে ঐনা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা,
ঈপাক্তুদা শাক্তুনা লৈকংদস্থ শাৎলমগনি।"
তারবদা থম্বালন্থুনা তপ্পা তপ্পা হায়রকখি—
"মুংঙাইদকো ইবুংঙো ঈয়াইদা শাৎপী শিংঙেল কয়া
খোইমু শউম কনমন্দুনা নাশোল হাইনা খাংলিবা,
নাথৈরবী লৈরাং'মদা লোঞ্জানগে মতাগুম
নাশোল পীক্লা পাইরক্লগা লৈরাং মাবু মিপাইহন;
ইকাই ফিরুক খুমহনবদি হুরানবগী মচৎনি।"
"লৌনম চাউবী লৈরাং ওই খোইমু' ঙংনা পাইরকপদা
লৈরাং' লৈহী লোৎখ্র'দি খোইমু উপাই লৈহৌরোই,
লৈরাং' লৌনম ভোবনা খোইমু মাস্থ হুরানবনি।"
"লৈরাং মানা লৌনম্বদি ইকাই থীদুনা ভোবনি।"
"ইকাই থীবা হায়বা অসি লৈরাং মাই'দি লায়থুংনি।"
"ওইজতানবা খোইমুশিংনা মমাইদমক খনবনি
মশা'ই ফন'খনবদা লৈরাং' ফজ' মাংহনবনি।

## থম্বালনু শৈরেং

লৈরাং' জাত্তা পোক্লগা ইকাই' মগুন পক্ত্র'দি
শিংঙেল অরেম্বা ওইদুনা লৈরাং চম্নফম লৈরম্মোই,
ইকায়থীবা হায়বসি লাক্লথীবা খোইমুনা
থূমাং চাওশিল্লকপদা থিংনম্নবা খুৎলাইনি।"
"প্যায়মনুং' অশেংবদো ফোংদোকপিব পাম্নবদি
ইকাই' খুৎলাই লংশেকতুনা লৈরাংগী 'রেম্না তাকপিরো,
মুংশি ফিগৈ শেংখিরো খোইমু ককঙাওনরমি
ইংঙেল কাং হায়রবদো মতম ফনা নকশিল্লক্লে।"

মহৌশাগী ইকাইবদো করম্না হেক্তা মাঙউ য়া'নি
পায়মনুংগী অরেম্নদো করম্না হেকম্নু ফোংদোক্লনি!
"শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা লাইথক থীবী নিংঙোলনা
অপাম কাবু য়োজবা পাম্মু সেবা ফংজবা,
পূক্লিং অনি লোংদনা হরাউ হরাউ য়াঙগে।
অদুম্নদি ওইরগা পাখং পুকচেল ওইবনা
পায়মা পুক্লিং খোয়দাদ মিৎফম চামা ওইরম্ন,
লাইবক থীবী মুজাবু পুন্সি পম্নুং য়োদনা
কায়ন-মৈশা লাংলদি নিংঙোল করম থাংগনি?
"করি য়াবো পাম্নবী লাইবক চাউবা পাক্লংনা
নিংঙোল কান্না ওৎলকপা লোইদাম্ন কয়া য়াম্মক্লে
ঙসি কোরৌ নোংজাও পাখংগী 'রেম্না থংবিরে।"

## থম্বালনু শৈরেং

“পাখং পুক্লিং হায়বসিদি শজিবুগী মুংশিৎকুম
শীৎনীংবদা শীৎপনি হুম্নিংবদা হুম্বনি,
মুজা'ই 'রেপ্লা হায়ববু অমুক করি হোংগনি
হায়নথিবা মুমিত্তো নিংঙোল পুক্লিং লেপ্পবনি ”
“ফরে মুজা অদুদি মুমিৎ অদু য়ৌদ্রিফাও
য়েক্লা কনা থংহন্দা মুজা কাদা পাখংনা
তোয়না খোংদারক্লরোই নিংঙোল পুক্লিং হোংবিনু।”
শাবী-শানৌ অনিনা লৌন-লৈনসি শক্লরে
শরী নামুংনথরে তুংদা করি থোক্কবা,
নিংঙোন' থম্মোই মণিদো কল্লক মিহৌনরবা
নোংদম্ব'ই থৌইনশিম্মা, কনাই খুদোল ওইরগবা!



## ২শুবা শৈশথন।

### লৈবাক কায়বা।

অঙকপনি তাইবং লীলা মীনা মুংঙায় হায়নবদো।
মুংঙায়ফমস্থু খ'দনা তাইবং পুন্সি লোইখিবনি
মীনা ৱারে হায়দুনতা তাইবং পুন্সি মাংহল্লি
ৱাগনবনা ৱানা ৱানা মুংঙাইথোকপনা মুংঙায়না;
তেল্ল তাইবং লম্বীদা পুন্সি খোংদোই হুল্লিবা
খংবা ঙমদে কনাস্থু অচুম্বনা কদায়নো
অরেপ্পনা কনানো পংপান পানবা তাইবংনি।
মানা হায়বা ইল্লগা মশা'ই মনীং থুংলগা
তাইবং মীনা হৱাউই য়াত্রগা মদ' মানা,
মীপুম খুদীং য়েক্লৈদো মপুক্লিংদা ৱাৱোই।
মীনা ভোৱি হায়দুনা ঐস্থু য়াওগে চোংশিনবা,
তান চাদন চৈরকখৎ-অকেমফাত্তা তোকপনি।
চাওখৎলকপনা মথোইকা ঐ মঙায়রে খন্দুনা
ৱাতোন্না ৱাংনা কাজবা ক্বাকী মাংদা কৈদোদে।
মাংথৱকপগী 'ৱাবনা তাইবং'পাক্তা ঈৱাক্লবা

নোংদম্বগী হৌনশানি মপু মাগী লীলানি।

*　　　*　　　*

মৈতৈ সনা পোইরৈনি চীংগোন মাপল কোয়রবা
চীংঙু লাইনা থাবা লম-হাওরৈ থাদি পাংবদা
ব্রাংত্রেস থানা চাউবালম লৈশাংখোং থিংঙেল অচৌবা
লম্নেন লালু য়ানবীগী পেংবা কাবী লমদমদা;
থিংঙেল 'চৌবা কায়তুনা নাকয়েন্তা তারিবা
মৈতৈ খুঞ্জা কয়াগী খুঙ্গং কয়া লৃপথরে।
মনা মশীং মহৈ মরোং লোইনা ওম্না থৃমথরে
মপ ইরোই শগোম্নচিংবা য়ুমশা কয়া লৃপথরে।
খুনগী খুঞ্জা কয়ানা লোইবী চীংদা কাদুনা
ম্যাইবী থরাই কন্নখি মুপী অঙাং কয়ানা
লৈফম চাকম থংনত্রে মাংলে মাংলে লৈবাক মাংলে।

তাইবং থোংচৎ অঙকপা মতম' জুচেল অকনবা
চীংঙু মাগী লীলা ওই থিংবা ওম্নি কনানা,
খুঞ্জা কয়া হৌদুনা অকন' থোদাং ওইদুনা
থিংঙেল নাঞ্জা লাক্ন'দা হন্না হন্না নীংখায়রে।
রারবদা তাইবংনা মপু মাবু নীংশিংই
রারবদা খুঞ্জানা লৈবাক নিংথৌ' নীংশিংই।
খুঞ্জা তরানিথোইগী খুঞ্জাহন তরানিথোইনা
লৈকাই লাকপা লোয়ননা নিংথৌ কোম্নুং কাদুনা,

মপু সনা মপুংয়াই রাজা গম্ভীরসিংহনা
নিংথৌ সনা খুয়াখাদা সনা নোংদম তম্বীনবা
অরা' থোদোক খিবিকী য়ারম পরেং হংগৎখি।
প্রজা' য়ারে তাবদা য়াদ' ওমদে নিংথৌসু
য়াখল চাউবা নিংথৌগী সনা বুদ্ধি চমম্মখি।
থনফম তৌফম খংদনা অরা মৈশা লাংল'দা
পেব্যা প'ওত কৌখৎতুনা চীংঙু লাইবাও তাবদা,
য়াংত্রেস ওাওরে লাইফাওরে ঈরাৎ চবান থাবা তারে
ঈরাই নিংথৌ পুনশিবা চীংঙুনা পেন্দ' কৱিনো;
ঈরাৎ থৌরম হংবদা শংলাকপনা লাইফাওখি।
"লৈবাক ওাকপা নিংথৌও নবুংঙো শিল্ল' ঐহাক্রা
খোইশাও' মথি ফোংবদি অতে করি'ই নত্রেদো,
য়ুম্নাক শাগে নাইদ্রিবী মুজা মাগী কোলোয়না
লাইজ ঈপাক্তা শাৎচী লৈবাং কোলোয়' মিংশেনবী,
মমৈদা 'সু' তাজবী 'দুগুম্বী মুজা 'মঙ
বাংত্রেস ঐবু ঈরাৎলু নবুংঙো ঐনা পেনবিগে;
লৈবাক মরা ওপহনগে মহে মরোং চুমহনগে।"
চীংঙু লাইবাও তারবদা লৈবাক নিংথৌ 'ওম্বনা
পাত্র মন্ত্রী তানদুনা অওম অথৌ কৌখৎতুনা,
মুজা মাবু ঈরাৎলগা থিংওেল থৌনা নাপুনা
লৈবাকী 'য়বা কোরুবা ফংন'থিমু লাউথোকখি।

থম্বালশু শৈরেং

নিংথৌ মনাই 'ঙম্বশিং' লৈকাইলাকপনচিংলবা
নঙম অথৌ কয়ানা মায়গৈ শাৎনা থিনখি।

*    *    *

## নুজা থিবা

ওন্থোকপনি চীংঙু নোংদম,
                পোৎনা নোনা নীংথিরকপী,
অপাম কা য়োজঙ্গ্রিবী
                করম্বী নুজা ওইরিগবা!
লাইবক ফবী হায়রগদবা
                লাইবক থীবী কৌগদবা,
লাইবক ফবী হায়রবসু
                পলেম পম্থোনা সুংঙাইরোই;
লাইবক থীবী কৌরবসু

থম্বালসু শৈরেং

লৈবাকপু হন্না পোকপীনি।
আঃ! লাইবক থীবা মীওইবা
থৌখংদনা থৌরাংবা,
সুংশিবা হায়বা রাখলসি
ইথন্নতবু নত্তনা;
থরভগীসু নত্তনা
পুম্নমক্কী থল্লবদি!

লৈবাক শাংনা থিনখ্রে অভম অখৌ হৌদুনা
'ঈপাকয়ায়দা শাংপগা মুজা কোলোয় পাংথকপী,
অতুনদি মুজাদো ঈপাকয়ায়গা নক্রবা
মকম কৈদা লৈরমগনি' লোক্তাক পাংচাউ 'কোয়বদ'
কোয়না শাংনা থিবদা মুজা মাবু ফংখিদ্রে।
ঈকোপ লৌশি পাপ্পান্দা ইম্ফাল নম্বুন তোর্বান্দা
চন্দ্রনদী খোংবান্দা মুজা মানা লাংওনদ্রে।
তেকথাউ ককরা অকামপাং নিত্যাই লম্ফেল য়াম্লপাং
লৈরাং কয়া শাংলমই মুজা মাদি লৈরমদে
'চৌকপা লমদম নত্তবনা নিংতোল খোয়দো তাদবোই।
'চীংদা শাংপী শীংতেংগুম চিম্নদনা কেল্লদ'গুম
লোইবী চীংদা লৈরমগদ্রা'—শান্ন কয়ান লাঙ্গোনচীং
হৈবোক পোইরৌ নোংমাইজীং মিংচং লৈরাং শাংনচীং

চীংলোন মাপল থিবদা মফম কৈদা লৈতরে।
খাবম লাকপা সেলুংবা প্রনামসিংগী মপাওদি
হোজিক ফাওবা তাদরি শৈবাক পুম্বা বানথি।

*    *    *

"সুমিৎ মশীং য়াম্মাক্লে লমদম কয়া চৎলক্লে
হায়র্বিবী সুজা মহাকপু মফম কৈদা থেংনদ্রে"
"হোয়নে ইবুংঙো সেলুংবা সুজা মাবু থেংনদ্রে
শাদুনা কয়া য়েংবদা অমত্তসু চৎনদ্রে।
মাইসু কোবসু য়াদবা লেনো কোথর চিংদবা
ভৌনীংঙাই লৈত্তে কব্রিসু খল্ল খল্ল চমগ্নৈ,
উপাই লৈতে গাড়ীবালা হায়বতুদা মতারে।"
হায়রকই তসুনা 'সুম—"হন্দক' খোংকম অসিদা
তসু ঐসি কব্রিগুম্বা সুপী ওইরম্মদিকো!"
প্রনামসিংনা হায়রকই—"কব্রিগীনো তাল্লকসিদা
সুপী ওইনা পোক্লীংঙিদে শিনীংলত্রা নহাকপো?"

"কৈদৌনি 'বুংঙো সেলুংবা
নিপা ওইনা পোক্কনসু
য়ুম পানবসু ফংজত্রবা
মপোকসিগী মীনাই ওইনা,
মীথাপোম্ম লৈদৈ শরুক

## থম্বালসু শৈরেং

রাখল লাম্বা ফংনদা পুক্লিং চংনা খন্নর্রি।
প্রনামশিংন [illegible] —"পান্তাখো ইবো খন্নসি
হন্দক' মুজা অসিবু ফংদবদা তারবরা !
ঐনা পুরি'ই লমদমসি'ই মফম কয়া চংলুরে
করিগুম্বদা মুজা মাবু থেংন'কোবা লৈখিদ্রে।
মৈতৈ পোইরৈ অতৈগী লৈকাই খুসং গ[illegible]দসু
খুন্থক খুঙ্গা থিবদা মুজা মাদো থেংনদ্রে,
লৈকাই লাকপা খুল্লাকপা অঙম অথৌ কযানা
'নিংথৌ সনা খুয়াখাদা থিব থংদ্রে হঙ্গৎখ্রে।
সেলুংবা ঐদা মঙায়রে—ঐনসু থংদ্রে হংগৎলো
তৌ'ঙাই গতি লৈতনা সনা পুক্লিং রাগদবা
প্রজা কয়া মাংগদবা খল্লুরগা অমম্বনি।"

* * *



চৌংলোন মাপল থিবদা মফম কৈদা লৈতরে।
খাবম লাকপা সেলুংবা প্রনামসিংগী মপাগুদি
হৌজিক ফাওবা তাদাবা লৈবাক পুম্বা রানখি।

*　　*　　*

"মুমিৎ মশীং য়াম্মাক্লে লমদম কয়া চৎলক্লে
হায়রিবী মুজা মহাকপু মফম কৈদা থেংনদ্রে"
"হোয়নে ইবুংঙো সেলুংবা মুজা মাবু থেংনদ্রে
শাদুনা কয়া য়েংবদা অমত্তম চ্নদ্রে।
মাইম্থু কৌবম্থ য়াদবা লৈনৌ কৌবম্থ চিংদবা
তোনীংঙাই লৈতে করিম্থ খল্ল খল্ল চমম্লে,
উপাই লৈতে গাড়ীরালা হায়বত্নুদা মতাবে।"
হায়রকই তম্থনা 'সুম—"হন্দক' খোংফম অসিদা
তম্থ ঐসি করিগুম্বা মুপী ওইরম্মদিকো!"
প্রনামসিংনা হায়রকই—"করিগীনো তাল্লকসিদা
মুপী ওইনা পোক্লীংঙিদে শিনীংলত্রা নহাকপো?"

"কৈদৌনি 'বুংঙো সেলুংবা
　　　　নিপা ওইনা পোক্নম্থ
য়ুম পানবম্থ ফংজদ্রবা
　　　　মপোকসিগী মীনাই ওইনা,
মীথাপোম লৈদে শরূক

থম্বালম্নু শৈরেং

রাখল লাম্বা ফংনদা পুক্লিং চংনা খন্নরি।
প্রনামশিংন হায়রকই—"ঙাইখো ইবো খন্নসি
হন্দক' নুজা অসিবু ফংদবদা তাররবা!
ঐনা পুরি'ই লমদমসি'ই মফম কয়া চৎলুরে
করিগুম্বদা নুজা মাবু থেংন'কোবা লৈখিদ্রে।
মৈতৈ পোইরৈ অতৈগী লৈকাই খুঙ্গং পৃম্বদম্নু
খুম্নক খুঙ্গা থিবদা নুজা মাদো থেংনদ্রে,
লৈকাই লাকপা খুল্লাকপা অঙম অথৌ কয়ানা
'নিংথৌ সনা খুয়াখাদা থিব থংদ্রে হঙ্গৎখ্রে।
সেলুংবা ঐদা মঙায়রে—ঐনম্নু থংদ্রে হংগৎলো
তৌ'ঙাই গতি লৈতনা সনা পুক্লিং রাগদবা
প্রজা কয়া মাংগদবা খল্লুরগা অমম্বনি।"

* * *



## মফম কৈদা লৈরমগবা।

——(০)——

তোংনা তোয়বা পোৎপুদি কনানস্থু থোঔইদে
নক্লা লৈবা পোৎপুস্থ কনানস্থু থানদে,
চেক চেকশিল্লকপদা অকাউ' ফিজংনা খঙ্গিল্লি।
ৱাখল থেনবা মীওইবা চমম্লবা তাইবংদা
মিংশেল য়েংদনা শাজৎপা ঐবু ঐনি খংদবা,
তুংগী চনীং য়েংদবা অথোয়নাপল কাম্নিবা!
খোংহৌ পীকপনা লাতোল্লাম্বা নোংমা শোয়রোই লৈখাতানি
ঐ মণ্ডায়ৱে চাউজবা মীনা চাউইস্থু হায়বিদা,
মথন্তনা চাউজবদো পীক্লবনি মহাক্তো।
ওইজখিবা মীওইবনা ঐগী হায়বদা ল্‌ঙ্ঙ্‌না
চীঘাঙ্খোংদা থাগৎপা অচ্‌ম্বনি খল্লিবা,
'চুম্বা হায়ৱগা শাউবা কৱেম্বৱগা হন্নাউবা
লোনম তোনা থাঙ্গৎপা কান্নৱমদাই থাগৎপা;
হন্নাউ খোয়রুম তোজবা তাইবং মীগী লোনচৎবি।

  

"থরো-থম্বাল থম্বালনু—এঃ ইবো লৈরেহায়
অতৈ কনা নংলমদ্রে ওইরেদনা অসিদে।"
হংজরকই তমুনা—"নুজা কনা ওইরবনো
সমদম কৈদা লৈব'না ননাই তমুদা তাকপিয়ু।"
"নহানমথৈ ঐখোয়ন, অকেমকাত্তা চংলুরে
থিনরিবী নুজা মা'দি ইনক নক্না লৈরম্রে "
থম্মোইমকা লামজনা ঙাইহাক য়াংলেন হয়াউরুই
"নুংঙাইরেদা তমু ইবো" প্রনাম্সিং' খোয়রুম্লনা,
"হন্দক থোক্লি' থোদোকসি নবুংঙো সেলুং ঐশাকপু
য়াইফহনগে চানবিদুনা চীংঙু মানা কুবিবনি।"
"চীংঙু মাগী নোংদম্মা 'বুংঙো'ই পায়মা য়াখন্দা
থেংনরিবী নুজা মাবু ননাই তমুদা কোংবিরো।
পোপ্থাদুনা ইবুংঙোনা পান খুদপ হাদুনা
নুংঙাইনদুম লৈবিহো ননাই হেক্তা কৌজরুগে।"
"তূমিন লৈয়ু তানীংদে য়াক্লম অসি তাক্তুনা
নুজা মাবু কৌবদা হয়াউ হয়াউ কনানা
নুজা কনাই লিংজেম্মা চৎকে হায়না য়ারক্কনি?"
"য়াদ্রবসু কিরিগুম্বা ননাই হেক্তা ফাজরকে
চিংনবিসু করিমতা ননাই ইত্তিক য়েংবিয়ু "
"নংগী করি নত্তিক লৈ ফারুদ্র'সু নংনা ঐনা
হন্দকী নুজা অসিদি মখোং' থোংনা হেক্লমক
নবুংঙো ঐগী ইফমদা লাকচরগবনি।

তম্মু ইবো খৌরাংউ মুজা কাদা ঙসিদি
চৌংঙু কোলোয় পাওদাকপোই পাখং খোংদোইহল্লুসি।"

চমন্নরি তমুদি হৌজিক ফাওবা থংদরি
ভানু-কোন্নু শীংথাদুনা কনাবুনো থঞ্জানরি
প্রনামসিংনা শাউবংননা "ইবো নংসি পঙ্‌মল্লিদা
অতৈ কনা নক্তেনহাই নবেম্ম'মু' নিদনা।"
"ইবেম্মমুবু কনানোনে"-' থম্বালমুনিনে অপং"
খোয়রুম মোমোন তম্মুনা—'ইহে-ঐদি কাউরুরে।
নবেম্মগকা শীংথাদুনা নরুমন্না থারকপদুদা
রাখল লাম্বা ফ লুত্রে ঐদি ংংঙাও ঙাওরুরে।"
"ঙাওশিন্নমুনে ইবো নবেম্ম নত্রদি কনানো?"
তম্মুনা—"অ'দা হৌজিকমক্তি ইবুংঙো'ই নাক্তা লৈদুনা
তালোয়শীংদা চন্দুনা 'বুংঙোই সেবা তৌদ্রিদনা।"

"মিৎপান্দা হোবা পাবু নকমন্দুনা উদ'গুম
ওন্থোক'নক্লা লোৎলম্মেদা, 'খোয়না ফংগে তান্নবা;
মুজা মানা লৈথোকপা ফনদুম ফরে হন্দক্কীসি
মুজা মাগীদমক্তা অনিতুনা বেরা কাবা,
অপাম থম্বল কোরুবা চৌংঙু মনীং থুংনবা
'থিংঙেল থিং'দা হাপ্তোকখ্রসি রাংত্রেল লাইচাক থাদোকখ্রসি।'



খম্বালম্ব্ শৈরেং

ওগুবা শৈখন।

লায়রকোন্দা।

— :( ০ ):—

য়াইরি-পোকপী লমদম্নি শগোলশেম শাগৈদদি
সুবানা নৌনা লাংওনবী পঙ্খৌ য়াওদা নাউয়োকপী,
লায়রথাংপোকশংনিদো লুখ্রা চাউবী' মশাইকোন
হন্দক মরক অসিদা গুরু' খৌদোক্ কয়া: কয়া;
সুজা লায়র কোনসিদা তোয়না তোয়না খোক্লিবা।
পঙ্খৌগুমাং মথৌবুং অহিং তাংলৌ 'খেংবদা
য়াঙোয় লমহুই শঙ্গুনা লাক্ল লাক্ল খোংলিবা।
ইংখোলমহাং 'কোয়রদা হুইপৌনা খেক্লা লাউরিবা
সুংখিন্দা মকু নাহেরে 'য়ুক্তা লাংজা পাইররে।
বাতোন উতোন শাম্না পাই কাক্লা লাক্লা লাংলিবা
লায়রকোনসে হন্দক্তি কবি করম খোক্লগবা!
পোমশাংনবী তনৌবী ইংতেল থাবু তাইজরকপী

## থম্বাল্নু শৈরেং

লৈরাং খুমেক শুদোরে পায়ম. চরাং খোইরাংলে।
অহিং মুংখিল চুপ্পদা চৌংঙু থাগোন্নহুনা
পামু কাদা য়োজগে অপাম কাদা থুংজগে,
চৌ'ঙু নোংদম তম্বীয়ু তত্তনা কাউজবক্তবী
হন্দক মবক অসিদা মুজা ঐগী হৃমিত্রা;
উরি' কয়া অসিবু—খলহৈত্রবা রাখম্নি
পঙ্গিরমদাই কানসিদা নীংখায়দোরে তাকপরা?'

পায়মা পুক্লিং রানা রানা মুজা খরায় থোঙান্দা
লৈহাউ পাম্বী মখোংদা মুংখিল মুংশা খাংলুববু,—
চেক্লা লমথুমু মৈপুংবী পামেল ফৈরা থক্তা তোং
মুরানা লৈবা ময়কৈ ওন চেক্লা মঙক ইন্দুনা;
কাউখিনিকো মতাগুম তোয়ন তোয়না খোংবদি
মুজা পুক্লিং মুংওনখি— চেক্লা য়েংন হায়রকই—
'হাদা চেক্লা মৈপুংবী নংনা ফৈরাদা তোংদুনা
নখৌ পোঙ্না খোংবদি পামু মপাউ পুরকপরা?
নিংঙোল কাগী থম্বালনা লৈরাং লৈগ্নাৎ তমহৌই
শিংঙেল লৈপোপ কায়হৌদে চেক্লা নংনা তম্বীয়ু।"

"ইগৌ ঙাইবী চেক্লাও পঙ্গৌ ইংখোল চিথেক্তা
চেক্লা নংনা 'চৌকপদা পীয়ু পীয়ু খোম্থাংনা,
তুম্পক-তুম্পক খোংবদি থম্বাল কৌরী লৈরাংনা
কুমগী নোংলেন ঙাইবগুম চেক্লা নংমু ঙাইরিবোই।

থম্বালগী শৈরেং

নোংদোম্বকী লৈচিল্লা মালং পোমাই কুপত্রবদা
চেক্লা ইথৌ লাংবনা ইনৌ তাবা ঙাইঙমদা;
নিংথৌ লৈবাক ওন্দুনা চেক্লা'ই কংল' থৌরাং দৈ
তাংথক নাইবা খোম্থাংনা পীয়ু পীয়ু নিজৈদো।
অপাম কাবু ঘোরমদাই লাইবক থীবী মুজাম্নু
চেক্লা' ইথৌ ঙাইবগুম ঙাইজরিদো খৌরাংনা।"

য়াচংবদা

—:( ০ ):—

মুমিদাংবাইদি ওইরক্লে
মুমিৎনা চীংয়া থাংলক্লে
তময়া কোরৌদি চেল্লক্লে
লোয়া নাপুনা কাপ্লক্লে।
চেক্লানা মহুম পাংলক্লে
কাওরেম্না শঙ্গোন তল্লক্লে
মুংথিল লৌরাংদি শুরুবা

## থম্বালনু শৈরেং

যোৎলেনবু লেংখোং শারক্লে।
থম্বালনু কোবী সুজানা
ফুঙ্গা থামরেন হৌগৎলে
বৃন্দাদেবী নোল্লুকচরে
লক্ষ্মী মাতা থুরুমজরে.
ইমা লৈমরেন থাগোরে
ধুপকী নমস্কা ফাওহল্লে।
সুমদাংরাইগী মপ্লিবদা
সুরা' মপাল থোরকতুনা
মালিকা পাখী মথোংদা
সুংবংনা রাখল ভৌরিঙৈ;
ইপাস্থানা লোইখ্রবদা
ঈপাক্তা শাৎপী লৈরাংনা
শীংঙেল লৈপোম কায়রবদা
লৈরাং' লৈহী থগ্রবদা,
খোঙ্গেল লোরবা খোইমুনা
ঙংনা ঙংনা পাইরকপদা
পায়ম খোয়দৌ শীক্তুনা
লৈরাংনা থরায় ভাদ'শুম—,
নিংঙোল পুক্রিং' খোয়দাদবা
প্রনামসিং কোবা মায়কনবা
মনাই ভম্ভুগা লোয়ননা

## খম্বালনু শৈরেং

নুজাগী কাম্না চংলক্রে।
হঁ, থম্বালনুদি তীল-হৌরে
চগংনা অনা চাকইনগুম
চেংলৌ পিশুম শুকথরে
মঙ্গোল থাদা য়াচংবদা।

## নুজা কান্দা

—:( ০ ):—

লায়রব খাংপোকনুংতুদা নুরা তন্না চংখিত্লনা
তৌরাং ফিদা পুংথাক্লে পন্থৌ মাংগোন খেঙ্গোংলাং,
ফিদা'উ তন্না থাত্লনা লেংশিনবিয়ু শোম্হাংনা
নুজা শামায় লৈত্ত্রনা ইমুং য়ায়গৈ পাংথরে।
ঙাইহাক রাংলেন লৈরগা খম্বাল্লনু থোরক্লনা
"হা তাদ অঙম্বা ঙসি কোরৌ লোংজাসে
'ন্থোকপা নোংবু ওইথরে নচন কাদা লেংঙকপা,
খুদোং ঙাম্বক অমত্তং লেবা ওইজনৌংববু
তুব্যা উপত্‌না লৈরম্লে কৌন গুংদে রাক্লৌরিয়ু।"

"য়াম্না ফরে ইবেম্মা 'বেম্ম'ই মুংশি ৱাহৈনা
তাকপিরবা অদুমক্না নবুংনা থোইনা পেপ্পরে
' ফরে থম্বাল ঙসিদি নবুংনা মুজা শাইগোন্দা
ঙাইহাক পুংগোই ওংলবদি লাইবক চাউবী মুজাগী,
য়াইফ নোংশি নোংদম্বোই চীংঙু কোলোয় নোংদমথোন
ৱারম অমা অনিদং নিংঙোল নাপদা পাওমেনগে।"
"করি ৱাবু ওইর'নো মুজা লাইবক থীবীদি
লুখ্রা কোনগী মমোমওই থোগল্লোনম্নু হৈজদে।
ৱাহৈ কারল চনখ্রগা পায়ম পীবুক খোয়শাওনা
ইচিন ইপা চীন্দানবা ইবুং মায়বু চোপকনি।"
"করি ৱানো থম্বালনু নবুংনা ঙসি লাকপদি
এগী কান্ন'ঙাক্তুথন মুজা 'থেমগে লাক্কেদো।—
নবুংনা লাকপা মরমদি চীংঙু কোলোয় পাওদাকে
য়াইফ 'লম্বী থম্নগে মুজা কাদা লাকপনি।"
"করিৱানো তাকপিরো" থম্বালনুনা হায়রবদা
প্রনামসিংনা ৱারম পরেং মথংশীংনা শকথখি।

* । * *

"হা ইবেম্মা ভথোৎপী নৈতৈ সনা পুংউয়োল
ৱাংব্রেল থানা চাউবলম্ নৈশাংখোংথিঙেল অচোব,
পেংবা কাবী কমদমদা খিংঙেল 'চৌবা কায়দুনা
লৈবাক প্রজা অয়াম্বা থোইরেল মশা পান্নবে।
থুঙ্গা ভরানিথোইগী থুঙ্গাহন ভরানিথোইনা

## থম্বালনু শৈরেং

মপু সনা থুয়াখাদা অরা মপাও হঙ্গচ্চে।
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্কী মপী মপা ওইরিবা
লৈবাক নীংথৌ 'ওম্বনা অহৈ অশিং কোথল্লে।
চীংগু লাইমাং ফম্বদা নিংগোল্লক্কা চল্লিবী
মাগী কোলোয় মিংলেম্মা ঈপাক য়ায়দা শাচ্চবী,
লৈরাং কোলোয় পাংথকপী মমৈদা 'সু' তাজবী
অচুগুম্বী সুজা 'মঙ্গং বাংব্রেল ঐঙোন্দা কচ্চোও;
লৈনাক ম্নাইফনুংঙাইহনগে পেব্যা পণ্ডিতনা লাইফাওবে
লৈবাক পুম্বা থম্নরে থম্বাসনুদা মভারে।
ওম্নোকপনি থোইবীও,—নীংঙোল্লক্কা চল্লিবী
নবুংনা হায়বা ইল্ল'দি সুজা ভস্থু থোক্লোইদো।"
"করি য়ানো তা শেলুং অওম্বনি হায়দুনা
নচন্দা পংতাক তাকপিরে অচুম হায়না নমজাবিসু।
অওম অথোকোন্দগী পুথোরকপা পাওনীংথোন
লৈবাক্কী ফগবা শায়ববু ওম্নতেনবা ঙাক্তনি।
অওথনা বারে' য়ার'দা লৈবাক্লা য়াবা ফংদবনি
লৈবাক্লা চদৎনবদা 'ওম্ব'ই চনীং পোঙবনি।
মীনা থুবম করিঙৈ লৈবাক্লা বাবদা য়াশিম্না
মশা'ই থবা তালহৌদ'ই 'ওম্বনা কোয়নোম নোম্বনি।
নচন ঐনা য়ানীংদে সুপীচানি থম্বুনা
অফ শানা নাউথেম্বা সুজা'ই নাপদা হাপ্নীংদে।
মৈত্রবাকসে ওম্নরে কায়মদাইদা কপশিম্না

ফমজাউ কাম্রে লুতোন কায় শেঙ্গাও চোল্লে 'ঙম্বগী
লৈবাক রায়েন চুমদম্রে শেঙ্গাও পায়বনা পান্দোম্রে
লৈত লায়র লৈহৈদ্রে অকনবনা 'চুম্বা শক্লে।"

"'মুক্তং থল্লু থম্বালনু মতম লৈ.রি রাগনু
নংগী ফনবা হায়বনি - তাইবং কনা থংদ্রিবৈ,
লৈকাই কনা তাদ্রিবৈ খোয়দাজবী মুজা নংবু
পাথং ওইদা ঙাল্লসি তালোয়শীংদা চল্লসি।"
"অমুক হন্না থম্নীংঙাই মতম লৈতে নচন্দা
লফুংনা মচি কাদম্রি মুজা'ই রাথল হোংলম্রোই।',
"মুন্না থল্লু ইবেম্মা ঐখোই 'বুংঙোনা হায়ম্ব্র'দি
নুংদা লাইরিক ইবনি মুজা য়াইবী কলহৌসি।"
অশাওবনা লুতোনশ.ৎ চেংলৌ মায়পোং খেঙুমলাং
থম্বালনু কৌবি মুজা—হায়নি হায়ম্রোই থংঙকত্রে।
তা তনু থংজম্রে মপুনা য়ান' চৎপদা
মুপী হাৎসি য়ারবা পাপ্পু ফংনি থম্ভ্রবা;
মীনাই নংনা ঙাংজ'শা কনা লৈতে খনগনু
ইচাউ চাউনা মবুংঙো'মা মরুম থূপ্না লৈজরি।"

"কাম্রম্রোইদা থম্বালনু হন্দক' মতাং অসিদা
প্রনামসিং ঐ মত্তনা লায়র মচা মাঙুম-না,
কনবা ঙম্মোই কম্রিনু অম্রেম্বনি খল্লি'দো!

লাইংথৌ সনা য়াথংনা মুজা ফারু লাক্লদা
ঐগী তালোয়নি হায়বিগে য়াইবী থরায় কনবিগে,
ঐনা হায়বা ইঙ্গোও নংগী য়াইফ ওইগনি।"
থম্বালসুদো তপথরে অশাউ ফিবম কুপশিল্লে,
মায়থোংদদি লোৎপা য়াদে কাইদ কাইদ হায়রকই,—
"সুংঙাই য়াইফ খল্লগা [illegible] [illegible]
নিংঙোলকাগী লৈরাং কয়া থাংউথক্তা লৈমল্লি।
য়াম ফজনা হায়জরি নচন ওইবী ঐহাকসে
মাগী য়াথং য়াওদনা কনাই য়ারা ইনঙমদে,
নচনবু 'তুম খোবদা মুজা ঐনা চৎলরোই
লেংদ' ওৎপু থাখরে খম্মোই পৌরোন লোনখরে।
মপু পানবা ইংখোন্দা পরৈ চেৎপা পম্মুংদা
হায়দ' তাক্ত কানশিনবা কুইনা পনবা লেম্মরোই।"
"হা—হা—হা—হা—সুংঙাইদা ঐনা ফম্লি মফমসে
ইয়ুম নত্তে খংইদা নংনা তান্দ্রে চৎখিনি।
অরোইবদা মুজাও হায়বিগে তাক্তৌ 'সিদং
মতম্না চিরক' তাঙ্গাদা অমুক হন্না হায়জসু।
নিংথৌ সনা য়াথংনা নখোং নখুৎ পুন্দুনা
তাওবা হুইগং চি-বগুম লম্বী লমজাওদা পুখদা,
নমা লায়রবী চুদৎনবী লায়রমচা মুখোল্লা
কনা নিপা মুপীনা থিংবা ঙম্বগে য়েংগেদো।"
থম্বালসু কৌবী মুজাসু অশাউবনা মাংওইনা,-
"লায়রবী নচন ঐগীসু অরোই ওইনা হায়জগে,—

স্নজাঁং লোইবী চোংজাউনা ইকোকথক্তা নল্ল'কান
নোংদোল নোংমৈ শীংজ্না লন্নাই লুতোন খায়রমদাই;
লাইরেন লাইজ নিংথৌনা নুজাবু য়োংকে তাল্ল'দা
কা সেলুবা নত্তনা নিংঙোন পাম্বৈ লৈত্রবদা,
থোয়দাদব'ই নকাদা হায়জরনি থল্লু'নু
নংঙোন ওহবা হথাদাং মতা ধম্ম ঙাকনি।"
"ফে থংগনি অতুদ নুজা নতিক য়েংগেদো
রুপাম ঙাংবী চাখৃবী নংগী মতম য়োরবনি।
অরোই' ওইনা হায়রমগে 'মুকস্থু হন্না থঞ্জখো
মীবুঙ এনা ঙাকপিগে য়াইবী নথাই কনবিগে।"
নিথৌ মনাই সেলুবা ফি-ফি কাম্ন চরৈকল
লঙনরুর' তাওবগুন চৈন ঙাংন চংখরে।



## সনা কোনুংদা

নিংথৌ সনা মাংচুদা খাবম লাকপা সেলুংবা
মালেম লৈদা নোল্লুক্লা সনা চরন্দা থুরুমজ্জে।
"ঐবু লোইবা লৈমাবা লাল্লবা কাদা ঙাকপিনি
কোংয়াং চৈশু তাবগুম্ম থুয়াথাদা নোঙ্গরি।"
লৈকাই লাকপা হঙ্গবা পাত্র মন্ত্রী অপ্নম্বা
নিংথৌ মনাই 'ঙম্বশিং ঙম্না চোম্না তিল্লম্মী।
সনা'ই তাংবন থকতুদা য়েং'দা গম্ভীর লৈরবা
রাজা গম্ভীরসিংহনা লেংশিল্লম্মী চীংলেম্না।
"কদায় কদায় অচানবা থক্তা স্নজীং ননবগুম
রাবনা পন্দোন লোয়বা নিংথৌ ঐগী ইকমদা,
সেলুং' নংনা লাকপদি হায়রিবী মুর্জা মহাকপু
মফম কৈদা লৈতরে অসি হায়ব্রা অঙম্বা?"
"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ অয়োন অরান ঙাকপিয়ু
ননাই' পুবা লমদমদা হায়রিবী মুজা মহাক্তো,
নারক্তা শাৎপা লৈরাংগুম থংদ উদ কনাস্থ
পোইরৌ পাপ্পাল মচি'মদা চীক্ক লোম্ন লৈরম্মে।"

প্রনাম মপাও তাবদা চমন্নরম' নিংথৌদো
অন্না-মুংঙাই' য়াম্নখ্রে তপ্না তপ্না হায়রকই—
"ওস্থোকপনি অচানবা থোৎনা নৌবী মহাকপু
লৈবাক্কী রাবা কোক্নবা মরাল লৈতবী ইচাবু;
নি থৌ ঐগী য়াথংনা চীংঙু মানা পেম্নবা
ঈরাৎলগে করম্না য়াইবী মাংও হায়সিগে ?"

হৌজিক মতম অসিদা নিংথৌ ঐমুক তোনবসে
অতৈ'মা লৈরম্মরোই তাইবংসিদা হিংনীংদ্রে।"
"তাবিগনি ইনীংথৌ মুজা মাগী মফমদা
তোল্লবা ননাই সেলুংনা তশেং তশেং হায়জগে।
য়াদ্রবদি মতুদা ইনীংথৌ সনা য়াথংনি
কোরৌ থক্তা কাফদে মালেম লৈদ তাফদে।
ননাই শরৌ শীঞ্জগে মুজা মাবু ফানবা
লৈবাক য়াইফনবনি সনা নোংদম তম্বীয়ু।"
"করি রানো অচানবা অহিং মুংথিল অনিদা
পলেম পম্থৌ অনিনা মুমিৎ থাগুম য়েংলিবী;
শানৌ তবোপ তবোপ্পী শীংঙেল লৈরাংগুম্লিবী
মুজা মাবু করম্না তরাই তরাই শিম্ননি।
য়ুম্নাক শাগৈ নাই'দগুম মুংশি কাদ শাল্লদ'গুম

অপাম কা থুংলমদগুম ম্মারক্লোইনে হন্নাউনা।”
“অন্নান’ চাম ঙাকপিয়ু চৌংঙু নোংদম য়েংজগে
সনা নোংদম তম্মীয়ু ননাই কুমজরুখিগে ”
“লৈন্নাং হেকপা লুবনি ভিংখং’ কুয়োম য়োন্নবা
কেতুকীগী মখোংদা তা জ লিন্না য়েংপনি।
খোংকাপ হৈনা থাংজোও চংলো চংলে। অচানবা
সেলু'বা নখৌ পাঙজরো অয়েংঅপন ঙাকসন্নু।”

* * *

৪শুবা শৈখন।

---

## করি'ই কন্নি কাউজ্জনা!

অহিং নুংখিল অনিদা
মিকুপ পুংজা থুদিংদা
অন্না কোকথোং পুজুনা
মিংলু লাইজ ঈশৌরি।

# থম্বালনু শৈরেং

মতম' ঈচেল অঙকপা
অসুম ওইনি খংদেদো
মপোক থীনা পোকপনা
পোকপ'ই মহৈ য়াম্রেদো।

মরূপ য়েং'ই কদায়নো
য়েংলু য়েংলু খুদীংগী
রুৎপ'ই রাংপা ঙাক্তনি
লৈরব'ই লৈত' মক্তনি।

তাইবং শেম্বা মপুনা
মাচং মীথাই নাইবনা
পোকহল্লম্রে লায়রকোন্দা
তম্বীরম্রে নোংদমথীনা।

'লাইবক থীবা লায়রবা
করি'ই কপ্লি কাউতুনা
পুন্সি ঈচেল তুংইন্ন'দা
নংনা নংজ' নত্তরা?

লায়র পুন্সি লেল্লিবৈ
অরা মপোক থাংলিবৈ
কয়া'ই মতিক রাবদো
অরৈবনা খংদেদো।

## থম্বালগী শৈরেং

ম্রাত্ত' মীগী পুকৈদৈ
ওক্ল' চর্য়া কোংথে ক্লে
মবুক পেন্না চাঞ্জবা
কাউনু শিদ হিদাক্লি।

লায়র নংগী থৌদাংনা
লৈত লৈত নিরুবে
চর্য়া নোংগন্নবদো
হুগী চংখম হুকপনি।

মুংঙাইবতা খল্লগা
অরৈবতা পাম্লগা
চংরবদা তাইবং মীচাক
রানি হয়মু কাটফদে।

চরৈ নমথাং মোংলবা
লৈত-রাখন্দ ঙাওরবা
হৌন শিন্থা খিবিকসু
থৌনা ফসি ফঙমদে।

বাই চংফম রাবনি
লৈত'ই লৈফম লৈত'ম্নি
খল্লু নংসু লায়রবও
'নরক্লি' নংগী নত্তৌসি।

ৎঙ্গালম্নু শৈরেং

তিল্লুবদা সমাজ মরক
ঁখা পোন্নি কিবনা
ল৷য়র খাংপোক মুংত্রদা
মক্র মায়থোং লোৎলিবোই

## মুহোর্নসিংগী আশা

—:( ০ ):—

কুমগী নোংনা ঈথোরে মালেম লৈদ' শিম্মুরে
লাইজ ঈরী চেম্মরে লৈপাকলৈমা নৌথোক্লে।
হে'ন পরীং কায়দনা মালেম নৌনা মালহোংলে
লাইজ ইপাল লাংখরে 'শংবা চরৈ হোংখরে।
ত্ব্-খোং লাইজ চেম্মরে পৃথ্বী লাংখোং পাখরে
ভুরেল ঈমায় চোনখরে পাৎকী লাইজ থনখরে।
কুমগী ঈরা ফংবদা মালেম লৈকোয় পুম্বদা
ব্রাত্ত পাদ পুং ওইরে লৈরীক লৈরা থনখরে।

## থম্বালনু শৈরেং

চীংদা শাংপী ইঙেল্লৈ লৈরাং মমি তম্মক্লে
ঙাইহাক্তনি মতাগুম লৈকা ফম্না শাৎচরে।
য়াইপন্না চীংমায় ঙাল্লক্লে পুলৈনা পেংেক লেল্লক্লে
লোক্লৈনা লোকমাই চোল্লক্লে হানৌন লেংলেং ড়ুজুংলে।
ঈঙাইথকপী চেক্লানা নারক উরক কেয়পাই পাই
তুম্পক তুম্পক খোঙ্জরে চেক্লা মবুক পেঙ্করে।
উতোন রাতোন খূদীংদা পোম্বী চেক্লা কয়ানা
জুরা জুরা চীন্দন্না মপুই কোলোয় শল্লক্লে।
যোগিনী থাংশাং হায়রক্লে নোংদোন পুজ ও লৌরক্লে
মালংনা লৈনম য়েল্লক্লে লোকচঙা খিনা খোংলক্লে।
ঈপাক্তা শাৎপী লৈরাংনা খোইমু শঙ্গু শঙ্গুগা
তাইবং লীলা শান্নরি মুংশি মুংশি চুন্নরি।
কদাম্বদি লৈমুংশি লৈননা মেলৈ উকাবী
ঈচুম ঙইবী নোংজুমপান চীক্লা হাইনা নোকংরে।
শুমাং ময়ায় কুন্দালৈ তোর্বরম্পাবি হঙ্গুরৈ
পুখ্রী মপান কবোক্লে খাগী লৈহাউ মোদোল্লৈ,
জাতীকূপ্পী মুঙ্গারৈ লৈহাওলৈরেন মালিকা
বকুল লৈশং কেতুকী চীনীচম্পা উথম্বাল;
লাইজ লৈরাং থরোথম্বাল শিংঙেল মখল মথেন্না
অহান অকোন শাৎখরে ঈশিং কংফাল হাংথিদ্রে।
কুন্দো চরোং নাগেশ্বর জবাকুসুম উতোংলৈ

শিংঙেল লৈরাং মক্তুনা মালেম থূরক হাংদরে।
থাব'ই লোইবা নাইদেদো— খোইগী মপৈ মপৈনা
'পাম্বা লৈরাং থিবদা মায়গৈ পূম্বা নিনথরে।
ঙান্নু কাঙা মপৈনা ঈশিংদা ঙগোই শারিবা
চাংগী লোকচপ কয়াদা উথুম্না 'তুম-তুম' খোংলিবা।
ফজরেদা মুংঙাইরে শাইবং হয়াউ পুংসিদা
মহোশা লাইরেম্বী লেংথোক্লে 'নোবা কূম্মৈ হৌগৎলে।

* * *

লায়রকোন্দা পোক্লবা লৈতকোন্দা চাউরবা
মথংলেনং মাঙ্গ মুহোনসিং থাংজৌ সেংথোংনদুনা,
কবুক লোকমাং অচীকপা মুংথিল লোরাং শুবদ'ই
লৈহাউ পাম্বী মখোংদা অরা পোথাজরম্মী।
মুমদাংরাইগী মালংনা পাৎয়ায় শম্না হুরকপা
থম্বাল লৈনম পুরকপা নীংশিংদবা ঙমদেদো।
'ইংঙেল থাবু ঙাইজবী শাবী ইনেম মচাদো
শাবি-শানৌ থানবা কোয়ৌ মুমিৎ শুদোরে।
লৈরাং' পোমশাৎনরকতৈ লৈকাদা লৈহী চেল্লকতৈ
পাথং লৈখোং শংলকপা লৈরাং লৈকা ফল্লক্লে,
মপূংমরৈ ফারেদো শীংঙেল হেকপা কালওইরে
মপু'ই চরন্দা কৎলগা লৈরাং মাবু থূৎথেংননা;
পাথংনা লৈনমজনীংবা-মোলাংনাক্তা থমদুনা

## থম্বালম্নু শৈরেং

অহিংচুপ্পা য়েংজনীংবা ম'পূই নোংদম কল্লীয়ু
পুন্সি' লৈমন চল্লফাও শীংঙেন মাবু থাররোই
ভাইবং চেংজেন্ন [illegible] ।
তাইবং শেম্বা মপুও নংগী পোজান নিজ'ন্ন
য়েক্ল তিংথং থাবিন্নু শীংঙেল লংনহন'বিন্নু ।'

## কনাগী মপাওনো !

—:( ০ ):—

ঙাইহাক রাংলেন লৈরগা মান্থ'মিংদি মরূপলোই
শাবা মপাও পুত্নুা মুহোম্নাক্তা থুংলরে ।
"চান্নরবা মরূপপ্লোই চীক্ল লমদম অসিদা
অপামকাগী লৈবাংবু থৃংথেংননা হেক্লমদাই,
আশা'ই য়েন্নাং নোহোনা থম্মোই মকাপামজনা
মালংদা রান্না শারিবোই সুংশি রাথন' শুমহংলবোই
ইকাইথাংদা মুহোনসিং - " সুমদাংরাইগী ভাঙ্গ্দা
ঊনালক্তা লোৎচবী লৈহাউ লৈরেন পুম্বৃম্বি,

লাংদুম্বীগী শংনা নৈরাং মংগী মতিক মগুন
শক্ক কোয়েম য়োমজবা ঐগী খোঞ্জেল মাল্লবোই।"
'সুংগু ইংবদা শরাংশা ইকাইথাবা লংদ্রুম্বীসে
সুংশি ঙাংন্নু ঙাওদনা ফাইবং মীয়ান থোকপোইরে'
চান্ন' শরূপ অনিদো ঙাইহক পুংগোয় নোকমিন্নে
সুংশি মপাও হংবদা মান্যসিংনা খুম্লকখি।—
"চান্নথোইবা মরূপ্লোই থম্বাল কৌবী সুজাদো
ঙংস অমুক নোংজাদা থোবাল তুরেল খোংসুংদা,
চী হা শম্বাল লাংলিঙৈ ইমু'ই ময়োন শংলিঙৈ
য়াংলেন মিকুপ থরদং চীংগোই পাওমেন্নবোই।
হায়ন' সু মং শোয়দরে ইংঙেল কাংসুমিংকী
সুমদাংরাইগী তবুম্বা-কাংনা হজিন্নরকপা,
সন্ধ্যা গৌরী মতমদা নৈরক কোনশাং কয়াদা
চরাং খোইরাংনরিঙৈ - অহাং' তাঞ্জা য়েংদুনা;
ননাও খুজেং পাল্লোইনা লাইজীং চীংয়া শমদুনা
সুজা ঐবু পুবিয়ু মাঞ্জ-নতুং ইঞ্জগে।'
সুমিং অসি তানচারে শোয়বা য়াদ্রে মরুপ্লোই
অতোপ্প'মগা সুজানা চীক্লা পাওমেঞ্জরকই।
'চীংখুবগী মমোম্লোই 'মত্তা পোকপী থাদোইগী
সুংশি মগুংলাং'দমক শানৌ অনি মকুখি।
কেগে খুঙ্গা লৈকানৈ মোইরাং য়াথোক ওইখিদো

সুংশি মাগীদমক্তা ওইন খম্বন চাউনখি।
মুজা ইশুংলাং'দমক ইমু নাইমু তানবা
লৈকাই ব্রাথোক ওইনবা মাঙ্গ'হতুংদা লেপচনি।'
থংলেম্ন য়াইবী থাবাতা-ননাও হান্না থাজগে
অরা খুদোং থীরকপা ননাও শরূক য়াজগে।'

সুংশি মপাও তাবদা পাথং থম্মোই তিংজনা
শানৌ মবুক পেন্দুনা মুহোনসিংহনা হায়রকখি।—
"অপাম্বনা সুংশি'শা ব্রাশক পরৈ থদংকে
সুংশি মহুম থুগাইগে অকেমফাত্তা লাংজ'শাই।
নিপামচা থোঁদাংনি পাথং ইতিক উথোক্কে
নোংমা পোকপা মচানি নিনি শিবা হৌনদে।
সুংশি মরূ হুনখ্রবা অপাম মরা তাখ্রবা
সুংশি মশুংলাংগীনি পাথং য়াইবী লাম্হোক্কে।
লায়রৈ থংনা থোওইদ লৈতে থংনা উশিত্তা
কোংয়ানবগী মচংলৌ লোয়রং শীংখোং য়েংচ'শাই।
খাবম লাকপা সেলুংবা নিংথৌ খল্লে পোওজবা
থংগনিদো শরীশো নাপল মমু য়ৈথেক্কে।"

৫শুবা শৈশখন

---

## থম্বালন্নু ফাবা লাকপা

——(০)——

( হাদ চীংঙু নোংদম্বা ও !
কন্নি ধর্ম্মবু কৌবগে
শাবীনা লৈপান্নরিঙৈ
অচিকপা তাঞ্জা য়েংতুনা
শীংঙেল লৈপুদা তাক্তনা
মীহীংচা কয়া নেকতুনা
পূকফন্তু'দা ইনশিন্দুনা
লৈরাং হুগে থনখ্রবোইদো। )

× × ×

"তারিবরা থম্বালন্নু মুজা নংবু পাখংনা তালোইশীংদা চন্নীংবা মুংশি কাইহৌরম্বদো, মুজা পুক্লিং কন্নি থল্লি 'রেপ্পা য়ান্না হায়দোক্লো। য়ারবদি ঙসিমক পাখং কাদা চৎলসি।"
পাইমা লিংজেন থারবা থাবম লাকপা প্রনামসিং

'ওম্বা কয়া রাতাম্ন খম্বাল নাক্তা লাকতুনা,
সতী মাবু পুদৌ'গী নিংঙোল মবুক খৌদুনা
মুজা মরিল ভকতুনা খুলাম তোম্বনা হংলক্লে।
পাইমাম্ভুংগী অশাউবা চনীংঙেংনা ফ্দোকতুনা
শানৌ মচিন পেম্নবা চীন্দান পাউদাম্নরুবা,
য়ুমদা লাকপনি খন্দুনা কৈকানদে হায়দুনা
মুজা ভূমিন লৈজখি নিংঙোল মবুক ফাদুনা।
'মুকস্থু হম্না হায়্নরকইং – তাদবদা পখচেংনবী
অঙম অথৌ কয়ানা নংবু ফাবা লাক্লনি।
রাংলেন খরা লৈরিঙৈ মুজা নচীন শেংজক্লো
পাখং' মায়রোং য়াবিগে শানৌ নংগী লেপ্নীগে।"
তাবা ওমদ্রে খম্বালম্বু উনবী পুক্লিং নৌরক্লে
চম্বু'ই খোয়দৌ শিক্লক্লে চীনবান ভনিক ভনিকখ্রে।
"করি হায়বা তা—সেলুং লুখ্রাচানি খন্দুনা
পম্থৌ লৈতে হায়দুনা থৌওই উশিত্তবরা?
মুপী চানি নীংদুনা থমকা থরা ভৌরগা
য়ারক্লনি খন্দুনা লৈতোন শরু পান্দ্রেনা!"
"ফজনা হায়রি চম্বুরা নবুক চুমদবী নহাকপু
করি'ই থমকা তৌগনি ঙাইহাক্তা শাইরে খংদোবা,
হায়উ হৌজিকমক হায়উ নবুংঙো ঐগী ওইদা ঙান
ভালোইশিংদা চনগেরা য়াইবী নখ্বাই কনবিগে।"

"য়ৈন কাংদ্রুম মফোম্থোক সুপীনা পামদ' মীপাওথোক
ইকাই খংদ' মায়থাবা য়াবিদ্রগা শাউবিরিনে।
নত্তিক করি লৈত্রনা ফাদুনা পুগে থনবরা ?
মদ'ই হেল্লিল্লক্র'দি থোওই উশিত্তে হায়গন্নু;
নিংঙোল মপু লৈরবীনি মিৎয়েং কায়ন চনবা য়ারোই
ইকাই খংদ' অনম কল্ল' নমায়দা চয়ৈ থনগনি।"
"লমজা সুবী চীঙ্খীবী লুখ্রা মচা লিন্দাউবী
নশম খুদাং মেন্দুনা খাইবা ভবানি থংনবা ?"
"নংনা নিপা থোল্লগা লাও লাও য়েংঙসি
ইকাইদবা নোংয়ান শাব ও ! লৈশাবীদা থোনা ফব ও !"
"লৈরম্মুদো শরীসো" পাইশিনখরে প্রনামসিং
"হাৎলে হাৎলে লৈকাইশা" চেনশিল্লক্লে 'ঙম্বশিং।

* * +

ঙসি সুজা করম্মো অপাম নাক্তা য়োরমদাই
চীংঙু মাগী নোংদম্মা অসুম ওইয়ু ভম্বনা,
শাবী মানা খংদ্রিবৈ সুংশি মানা তাদ্রিবৈ
রাবন্না সীতা হবগুম পুদোরিবা কৈদনো ?
লাংদা থুরবী য়ারোগুম ইশায়ফুগী লেমলৈগুম
লদা চংবা তাংজগুম থোনা ফসি ফঙমদা,
মাইগৈ লৈনা য়েংবদা মাগী কনা লৈরমদা
খল্লুবদা সুরাবী মিৎলু লাইজ ঈহৌবে।

"হা ! পলেম লায়রবী লমদম কৈদা চৎখ্রবগে
পোইরৈ কৈদা তামখ্রবগে নমোম্না তোরি'সি উদ্রবোই !
ইচে' ইবুংঙো ইদু নিংধৌ কাওরেন ষনবু শেনখিবা
ইপ্বানা লাপ্না চৎখিবনা 'চেনা কোবা তাদ্রবোই;
হাদা পন্থৌ অপোকপা নমোম লাইবক থিবিবু
লুখ্রা কোন্দা হুন্দোকপিরম লমজা অতাক্লরেদো
লৈচিন পোমাই কূপখিবনা ঙসি কোরো নোংজাদা
পন্থৌ লায়র খাংপোকশং নমোম্না রাবসি উদ্রবোই।"
উপাই লৈত্রে লায়রবী পলেম্না কৈথেন কাখ্রিঙৈ
মপ্বাস্থ ষণশেন চৎখিবা লৈকাই কনা চংঙক্লা,
সুপীচাগী পাঙ্গলওই পাম্বৈ ফৈরা তেকথরে
মালেম লৈদা তাদুনা হীক্লা তেংথানাওইরে।
"পন্থৌ মানবা ইপনশিং 'পাগী মশক খংহৌদ্রবী
নমোম্বু ঙসি ছৌবিরি'সি করি মতৌ কৌবগে ?"
"অঃ ইমোম মানবী 'বেম্ম শানৌ নংগী নফমদা
থোক্লোরিবা পৌদোকসিবু করম কাংথোক্লসিগে !"
অহল ওইরব' মেঞ্জর নিংথৌ মচেং চারুবনা
লৈথোকসিস্থ ময়াদা অহল্লুংদা তোল্লেদা !
পাইমন্নুংদা থল্লকই— অসিগুম্বা কূম্মৈসে
চীংঙ ইবুংঙো নহাক্না নমিৎ থীৎনা য়েংঙোকো।
"'পাগী ইমোম ইবেম্ম! থোক্লরিবা থৌদোকসে

'পানা নংঙোন্দা লীরগে 'পাগী থম্মোই কায়দোরে।

× × ×

"হাওরৈ খাবু পাংবদা রাংব্রেন খা-না চাউবলম
পেংবা কাবী লমদমনি ঈরাই নিংথৌ মথিফোং,
নৈশাং থিংঙেল কাইরেদো থিংঙেল নাপ্পা য়াদরে
নৈবাক প্রজা রানরে সনা নাক্তা য়োনরে।
মাইবী মাইবা য়েংবদা—নুজা শীংদা চল্লিবী
লাইজনুংদা শাচ্চবী নৈরাং কোলোয়' পাংখকপী,
মমৈদা 'নু' তাজবী অচুগুম্বী নুজা'মত্তং
রাংব্রেল ঈরাংত্রিমখৈ থিংঙেল নাপ্পা য়ারোই হায়রে।
মাইগৈ কোয়না থিবদা হায়রিবী নুজা মহাক্তেলা
ইমোম লাংলেন নত্তনা অতৈ কনা নৈতরে।
হয়েং ইনুং ঙানবদা চাংঙু রাংব্রেল ঈরাংনবা
সনা য়াথং পুত্থনা নুজা নংবু·········ওন্থোকপনি।"
তারবদা থম্বালনু মিপাই তুজুংনদুনা
লরাই লুতোন শাংখরে 'ইস থিংঙেল থিং'দা হাপ্পবা·····।'
"করি থোকএ চনুরা" নুংশি হৈত' প্রনামসিং
নুজা মতৌ য়েংলগা খাল্লা খাল্লা নোক্লক্লে।

× × × ×



# উপায় লৈত্রে থম্মাল্নু !

—:( ০ ):—

হুমদাংব্রাইগী তাঞ্জাদা ঈপাকয়াইদা শীংলকপা
তোর্ব্বুং নোংলৈ মুংশিংনা থম্মাল লৈকাদা য়ৈবদা,
শীংঙেল নাশোল হায়বগুম লাইবক থিবী থম্মালনু
অৱা ফিরুক খুমদুনা চুম্না লেপ্পা ঙম্মক্তে;
পন্থৌ মপা শক্লবা মেঞ্জরগী খুয়া তম
মুজা মাবু কনবিদোবোই থম্মাল উপ্পা তাখরে।
ইঙা নোংলেন খোংবগুম ইঙেন লাইজ শীন্থনা
অঙাওবীগী পান্দম ওই ওন্ন থোইনা কপ্লক্লে।
নিংথৌ মনাই অঙম্বশিং হায়ফম তৌফম খংদনা
মুজা মতৌ উবদা তাংজ মরু লক্লরে।
'ঙম্বশিংনা হায়রকই "ইচন মানবী তনৌবী
ইমোম মানবী তথোৎপী মুজা কপ্লগন্নুবা !
নংনা ফনা কপতুনা 'খোয়না কনবা ঙম্মরোই
নিংথৌ সনা য়াথংনি—চীংঙু মাগী নোংদম্নি।
নংনা তোয়না কপ্লগা থম্মোই পুবা য়াদরে
শানৌ চেংলৌ উবদা খৌরি চরম ফুনখরে।

## থম্বালনু শৈরেং

মপু মাগী লৈলা'নি পোকবদি নোংমা শি'নি
থেম্মই নংগুম কনশিল্লো চৎলসিবা ইবেম্মা।"

'ফবে অত্তমঙাইরে ননাই শোয়দনা চৎচগে
পলেম ইমা কুম্মকত্রি ইচু নিংথৌ হল্লকত্রি
খাংলেন নিকুপ খরদং চীঙ্গোয় পাওমেন্নরমগে
মখোয়না হল্লকত্রি'ফাওবদং 'ঙম্বশিংনা ঙাইবিখো।"
"ঙাইবা য়ারোই থম্বালনু—ইনিংথৌ সনা য়াথংনি।"
লোকচপ্তা নুঙ্গাই লংথবগুম প্রনামসিংনা হায়রকই।
"ওন্থোকইদা ভ—সেলুং নংসি ইরম মচানিকো
নংনা নিংথৌ খনবসে 'ন্থোক্লা কিনস্থু খল্লিদা!
ঐহাক শোয়দনা চৎকনি—নিংথৌ য়াথংনি হায়দ্রবু
কনামতা উনদনা তুমিন হেক্তা চৎলসিরা?
হন্দক লাংওন অসিগী উনয়রোই হন্না'মুক
পুন্সি বিদাই মতমদা কল্লি'ই তুমিন চৎকনি।"
"নুপী ওইবী হৌনশা কপ্ন লাউনা চোংবদো
য়েংনিংদেনে ঐখোয়না থুনা য়াংনা চৎলসি"
"ফরে ফরে 'ঙম্বশিং ইপা লাকপা ফাওবদংদি
'ঙম্বশিংনা ঙায়বিখো য়ৌরক্লনি মহাকত্তো

"ইচেহন্বী—ইচেহন্বী—লম্বী অচৎ অওক্না
হায়নহোবা পাওসিবু ইচে অচুম্বরনে ?"
কাংজৈ কাংহু লেংদা থোং তফিং তফিং চেল্লক্লে
মচেমগী নাক্তা য়োরক্লে 'ঙাংনা তোয়না হংলক্লে।
মপাবু চেৎজেৎ কোনশিল্লে "'চেগী ইবুংঙে লায়রবা
'চেন্না লাইবক থীবনা ইপাবু কুইনা কোল্লমদ্রে,
ঙসি উবা নচেম্বু হয়েংদগী উররোই
ঙসিদগী ইপাবু অমুক হন্না পম্লরোই।
মুংশিদকো ইদুনিংথৌ ইচিল ইপা অনিবু
নোনা শেংনৌ তমগ্রবোই" থম্বাল চরম ফুনখরে।
"চেগী নোংম্লাই তম্ফাজাও 'চেন্না তোয়না কোগেকো
মুংশিদকো ইপাই শকসে ঙসি উবনা লোইরেকো।"
ঈরেমখাক্কী মপাবু তোইনা তোইনা য়েংদুনা
পিরাংনদি চোৎলবা অঙাং' চাইরুং অনিদা
হন্না হন্না চপ্লক্লে মকোকথক্তা নানবিরে।
মচীন মপা অনিনা চীঙ্গোই পাওমেন্নরিঙৈ
ওন্থোকপনি হে ঈশ্বর—কদোমদগী খোঞ্জেন্নো!

"ইমাগী লাংলেন চরৈহন কৈথেন অকা অকুপ্পা
ঙাংনরিবা পাউসিবু অচুম্বরনে ইবেম্মা ?"
কাওবীনা হানৌথিখ্রিঙৈ অরাপ্পদা মচাবু
তাওবনা লাঙ্গোই চনখ্র'দা 'অম্বা অম্বা' খোংবা-তা,

## থম্বালনু শৈরেং

মচা শোক্লে পাশংতুনা মপীনা পাইশিল্লকপগুম
থাংচেৎ মচি হাইদুনা নিংশা থবেৎ হোন্দুনা;
অঙাওবীগী মতোগুম 'ইমাগী 'বেম্মা. ইমা লাক্লে'
শোয়না হেয়না কৌদুনা থম্বাল মমা চেল্লক্লে।
শন্নাওনা মপা উবদা কিবা কোঙ্গাই ফবগুম
পলেম মমা উবদা ইমা' হায়না চেন্থোকচৈ।
মচাবু চেজেৎ কোনশিল্লে "ইমাগী 'বেম্মা মুংশিবী
'মানা তারকপা পাউসিবু থম্বাল অচুম্বরনে?"
থম্বালনু হীক্ল হীক্ল 'ইমা' খোঞ্জেল থোকখিদ্রে।
মমাদা চেৎনা কোন্দুনা হীক্ল হীক্ল কপ্লক্লে।
"ইমা ইবেম্মা মুংশিবী নমোম লাইবক থীবীনা
করি হায়না পাউখুমসিগে নচাবু বিদাই পীবিরো।'
মচাগী য়াব্রা তাবদা পলেম মমা লায়রবী
মঙ্গীং নাপোম কিনথদুনা মকোকথক্তা নল্লরে।
"করিনোনে 'মাগী থম্বাল নংনা চৎকদৌরি'সে
কদাইদনো খংলবরা চৎপা য়াদে ইবেম্মা।"
"নিংথৌ মনাই 'ওম্বখোই লাইবক থীবী ইচাবু
করি মরাল লৈদুনা য়াইবী লোগদৌরিবা!
পীতৎপীনি থন্দুনা মতু শোনবা থীরকপোই
ইমোম লাংলেন পুখ্রগা ইথাদগী শেৎখ্রগা,
লাইবক থীবী মমানা ইচা'ই মৈনা চাকতুনা

য়াঙ্গোই তিনথ্রোক চোংবগুম লৈহৌবদো চো ড়ুনা;
'ঙম্বা করম য়েংগেগে থম্বীরম্মুনে ইচাবু
নখোং পায়না হায়জরি ইমোম পীবা ঙম্মোইনে।"
ঙাওরে ঙাওরে চাওবী ঙাওরে মচা'ই মৈনা চাকড়ুনা
মশম মনা প্রোক প্রোক ফোয় ওন্ন থোইন কপ্ল্ক্ল।

+ + + +

"লাইবক থীবী লায়রবী ন'গী নত্তৌ উরগা
'খোয়না হেন্না রাখরে য়াদবগী তৌবনি।
ইমোম লাংলেন ইচাবু পোক্তবনি হায়ড়ুনা
তরাই তরাই খন্দেদো ইমোম পোকপা মশেন্নি।
অসুম থোকউ তমখিবনা ইমোম' লাইবক্তা-ইথিবনা
ঙসি কোরৌ নোংজাদা নচা'ই মুমিৎ শুবমাল্লে।
নিংথৌ সনা য়াথংনি অমুক পনবা য়াররোই
পোক্লবদি নোংমাশিনি 'খোয়সু লমন তোল্লিবনি।"
"করি রানো 'ঙম্বশিং মুংশিখ্রবা ইচাবু
হেদো নাহে ফমশেন্ন তৌরাংথক্তা 'ওন্দুনা,
মুমিৎ শীংবুম কয়ানি 'চাবু লাইকন্নবদা
'চা'ই লাইবক্লা তমখিবনা থম্মুং শরা তানখ্রফাও;
মতুং ইনবা য়াদবগী ওন্নথোইনা চোংহৌবনি।
তচাউ তচাউ ইমোম্মু 'ঙম্বা নখূবাক্তুদা
মমা কনা'ই মচীম্না মচা'ই য়াইবী শিন্ননি,

পীবা ঙস্মোই ইমোমবু থম্বিরম্মু ইচাবু ”
তোফম খংদ্রে পুম্নমক মমাই য়ব্রা তাবদা
পাব্রী পোকপা মশেম্নিনা মমোম শাৎপা কাংলুপ্নিনা।
তাংজ মরু লুক্লখ্রে থম্মোইদগী হৌরকপা
মুংঙাইতবই ঈব্রানা মিৎলু নাপোম থুম্নবে।
মতম্নদি য়ৌশিল্লক লীৎপা ম্বাদ খোংফম ওই
মুজা মানু পুদেরে ওনথোকপনিদা তৌব্রি'সে।

## পুন্সি বিদাই।

— :( ০ ):—

“করি মতৌনো ’ওম্বশিং মুংশি পিরাংনবসে
হংচিৎফাওম্নু লোইরোইএ লেংননবা তৌরসি।”
‘ইমাগী ’বুংঙো সেলুং পোকমিম্নবী নচনগুম্বী
ইমোম তনৌ তনৌবীবু অমুক্তদি পোকপিরম্মু।”
চেনশিল্লক্লে প্রনামদা তুররেদো মখোংদা

"'চাগী য়াইবী থরায়বু অমুক্তদি কনবিরম্মু।"
"অমুক হন্ন' হায়র'মু কপ্পগনু হন্নু'ী
নচা'ই য়াইবী কনবগী মতম হেন্ন হৌজিক্তি।"
"পলেম ইমা মুংশিবী নচাবু বিদাই পীবিরো
লৈবাক্কী রাবা কোক্লবা কচ্চরুগে য়াইবী থরায়
মুপী ওইবা ইথোনা লৈবাক থংনা উথোক্কে
ইমং অনি শুজরোই মৈতৈ চম্মু চেন্থনি।
লম্‌কথাককোমগী লৈরাংনা চীংগু খুয়া য়োবদি
মুঙ্গা'ই লাইবক ফবনি মৈত্রবাক্কী মিংচৎনি!"
"মথা অমুক তারমু মতম য়াম্না থেংথরে"
অরাব'ই মরীকমক্তা প্রনামসিংদো পোক্তেদা।
ময়াম্নদি রানরি মিৎলু লাইজ ঈহৌরি
পলেম মমা 'পোকপীদি করি অমুক হায়গনি!

+ + +

ওন্থোকপনি থম্বাললাইবক পম্মোইমুংদা লাৎচবা
মুংশি মাদি উনরমদ্রে মাঙ্গ করম খাংহৌনি।
'থংলেন নগাই কাগীনি শেম্বী নশুংলাংগীনি
ননাওনা চাকপা মৈচাকসে মাঙ্গ নংদি উদ্রবোই!
লায়রথাংপোক্‌শংদগী কায়নরমদাই কাল ওইরে
নিংঙোল কাদা চংথরে ফমজাও কো'ম্ন কপ্পুরে।
মোলাং নাক্কী লাইধিবী খোয়েন মীকপ থোক্লক্লে

নিংঙোন্ন লৈব মায়কৈ ওন তিঙক তিঙক য়েংলক্লে।
'লোম্নাইদবী ইতারোই কায়নরসি ঙসিমথৈ'
লাইধিবীদো কোন্দুনা নুজা হীক্লা কপচরুই।
"লাইংথৌ গুরু শিদবা ইমা লৈমরেন শিদবী
তোল্লবী লাইবক থীবীনা ফাঙ্গোইননা খুরুমজরি।"
ইমুংদগী থোরক্লে পম্বৌ মাংগোন নাকথদা
অক্লাথক্তা কায়দোংবী পোম্বী চাদি চীনঙাংবী,
মিৎলু তরং ঈহৌনা থম্বাল' মূনা য়েংতুনা
ইতা ইতা কৌতুনা পোম্বী শাথপ তোয়রক্লে।
"চান্নরবী ইতারোই নতা ঐবু হুন্দোক্তুনা
খোয়নৌ নংবু চৎলগেরা চেক্লা করম হিংহৌনি?
ইতা নংনা চৎখ্রগা পোম্বী ঈথৌ লাংবকান
কনান লাইজ ইনবিনি কনান ইচেং হুনবিনি?
নিতি নুংবুম খূদিংগী হরি কোলোয় শকমিন্ন
অরা পোথামিন্নবা হয়েংদগী ফংলরোই।"
"চেক্লা চাদি ইতারোই ঙসি কোরৌ নোংজাদ'ই
নতা'ই চেংলৌ উররোই কায়নরসিকো চান্নবী।
ঐনা লৈত্র কান্দদি লায়র থাংপোকশংসিদা
চেক্লা নদোম লেনবদা তরক তরকহৌরনি।
চেক্লা খোয়নৌ নহাকসু ঙসি কোরৌ নোংজাদ'ই
শঙ্গুলক্তা তিনথরো পোম্বী ননীং তমথরো।"

"'চেন্না ইবুংঙো নোংয়াই ইপ্পান্না থুনা চাউদ্রনা
য়ুম্লেপ চার লেম্মকউ পলেম লুনা কোল্লকউ।
ইমাগী সেবা সুনা তৌ নকোক্তফাও চীকনু
'চেনা পীবা করসে নোংয়াই লেপ্পা ফংজোকো।"
'পারী নমোম' য়োকপদা অমা পোৎলূম পূরকপী
সুংঙাই শরুক ফংদ্রিবী পলেম ইমা লায়রবী!
'মাগী সেবা ত্তৌরমদা নমোম ঐদি চত্তোরে
নচা লাইবক থীবীদি খোল্লাং লনম তোল্লেদো।
মপোক লাংওন অমদা 'মাগী লমন শিংজগে
লাংওন মপোকসিমগী অরোই' বিদাই নিজরি।"
পলেম মমা অপোকপী বিদাই পীবা ওমদনা
মচা'উ চেক্লেৎ কোন্দুনা সুজা'উ থাদোকউ য়াখিদ্রে।

× × ×

দারীদগী কূমথরে বৃন্দাদেবী খুরুম্লে
ইংখোন চিথেক মরিদা সুজা লৈনা য়েংলক্লে।
হৈরাং পাম্বী কয়ানা পিরাং তপ তপ শিন্থরি
লৈরাং পাম্বী কয়াসু সুজা'উ চিংনা য়েংলক্লে।
"লৈকংদা শাৎপী উথম্বাল নপাম লমদম থাদোক্তুনা
লৈকং' লৈরাং হুক্লেক্তুনা ঈপাকয়ায়দা কূম্নগেরা?"
"চেংলৌ হেনবী তুনানবী লৈরাং কুন্দো-মায়ঙোবী
লৈরাং' লৈকা ফনজবা শিংঙেল অরেম্বা ওইরেদো।

অথাং কনবা লংশাদা লৈরাং নংবু লেংলগা
মাঙ্গ'ই ঙক্তা ক্ত'রুংবা ফংলরোইকো মপোকসিগী।"
"'শাংঙেল' শক্তি উতনা উনালক্তা লোত্তুনা
লৈনম' পাওথাং চেন্দুনা সুজা ঐবু থাম্লিবোই!"
চীনীচম্পা মখোংদা থম্বাল তোয়না কপচরুই,
খরা অমুক থোরক্লে পম্থো শুমাং তুংওইনৈ।
লায়র থাংপোক ওন্দুনা সুজা লৈনা য়েংলক্লে
থাংবা ঙমক্রে থাংপোক্তো মালেমলৈদা তুদারে।
"পোকপদগী নতম্বাক্তা চাউরব্রবী নমোম্মি
ঙসিদগী কায়নরকো লৈবিহোরো পুকফবী।"
সুমদাংরাইগী মালংনা পুক্রিং তপ্পা ঙমদনা
সুজা মতৌ উবদা নিংশা ফূয়না হেল্লক্লে!
পামেল উনা খিবিক্লা বাংলৈ মিকুপ অমত্তং
পাওমেন্নসি মতাঙুম খূলাম তোয়না কোরক্লে।
পামেল উদা য়েংচবী উরী রারী খিবিক্লা
মালেম থক্তা ওনথোইনা সুজা'উ তোয়না থাম্মক্লে।
উখোং খূদীং কোন্দুনা লৈখোং খূদীং চংদ্রনা
হীরু চীংগোই পাওমেন্ন সুজা বিদাই লৌজরে।
খরায় থোংগান য়োরক্লে লৈহাউ পাম্বী কোন্দুনা
সুজা হীরু কপলিঙৈ অবোই' বিদাই নিরিঙৈ,
অরাপ্পদ'ই খোঞ্জেল'মা হীরা তেংথা নাওইনা
নিংঙোল নাপদা তায়রক্লে সুজা খোংলৌ' তারেদো।

## থৎনা থৎনা চৎথরে।

——( ❋ ——

"খোয়নৌ ইতা চান্নবী ঐখোয়পুম্বা হুন্দোকতুনা
চৎলগগে কদাইদা ঐয়োয়' করম লৈহৌনি ?"
ললিতানচিংলবী লৈকাই মতা ময়াম্মক
শানৌ খোংকাপ তফিং তফিং থম্বালনাক্তা চেন্নক্লে।
"চান্নরবী ইতাশা লাইবক থীবী ঐহাক্তি
শঙ্গুদগী কায়নরবী চেক্লাচাদি তেনব্রাগুম,
হন্দক মপোকসিমগী খোয়নৌলক্তা তিল্লব্রোই
ওসিদগী নতা ঐবু অমুক হন্না উরব্রোই।"
"সুংশিদকো ইতাব্রোই খোয়নৌ নংগী মৈচাক্লা
অহল ওইবী ইমাদি থাম্বী 'থক্তা ভৌহৌরনি।
ইতা নংবা চৎখ্রগা নতা ঐখোয়' ময়াম্না
করম লৈহৌ হায়বগে চৎখিনুবা য়ার'দি !
ইতা নংনা চৎখ্রগা কায়না মৈনা চাকপনা
লোয়নবী নতা ঐখোয়দি করি ওইহৌরগনি ?
চহী কূমজা থৃদীংগী হরাও কুম্মে থোরকপা
ইতা নংদি য়াওরব্রোই 'খোয়না করম সুংঙাইনি ?"

'নিংথৌ মনাই 'ঙম্বশিং পোকপদগী ইত্তাদি
ম্নু-ঙাই' শরূক ফংঙকত্রবী ম্নুজা লাইবক থীবীনি।
চী ঙু মানা পেন্নবা নিংঙোনচাবু করম্না
লৈবাক্কী উশিন ওইগনি ইতা পীরোই ঐখোয়না"
খূজেং পাংলোইনদুনা ম্নুংশিরবী মতাবু
নাংখোকখিনি মতাগুম পল্লোন তরেৎ কোয়থরে।

"ইমোম মানবী ম্নুজাশা তৌরি' থৌরাং অসিদু
ঐখোয় থ্বাইনা শীনবরা মপু মাগী লীলানি।"
"মপুনা পামই হায়দুনা চীংঙু মানা *কথেংননা
থৌদারকপা য়াওবরা?" ম্নুজামথৈ শাউরক্লে।
"মৈত্রবাক্কী লাইয়ামসে মনীং মথা তম্মনখ্রে
লাইতাইনবা য়াওদ্রবদি লম্বু হেঞ্জিল্লক্লনি।
অস্নুম থরা লৈর'দি লাইজন্নুংদা কূমদুনা
ইপাল্লাংফাও য়াররোই লোইবা চীংদ'উ কানীংঙে।
থরা লৈর পঞ্জাও কায়রে অঙাং চাগে মহায়রে
থরা লৈর থোংজাউ তেক্লে চুরাল্লাল্লোই কোয়থা-থা।
পাৎচাবনা লেম্লে ফাদ্র লুপা খাংউজাউ হৈথবা
লাইগী চাকথাক হুনবদা মৈত্রবাকসে তুম্মনি।
অস্নুম অস্নুম কুইর'দি লাইগী মচৎ লৌদুনা
তাইবংমীস্নু তম্ম'অনি মৈত্রবাকসে হ্নাররনি।"

"হায়হৈদেদা ইমোমশা অঙাং নাৱা ওইরিবনা
পায়মা ৱাখল থেল্লিবীনি লাইদা নিন্দা তৌহৈদে।
মপু সনা য়াথংনি থেংখ্রগনি লৈহোরো
'খোয়না হেন্না মুংঙাইতে তংঙাইফদবননি।"
"মপু সনা য়াথং ওই য়ারৌ ফ'গুম মুজাবু
হেক্তা পুবা য়াবরা তরা চামিন্নখিনি।"
পলেম্মাদি লায়রবী ৱাহৈ মচেৎ মচেংনা
কাঙ্ খোঞ্জেলগুম' য়াৱানা কপ্না কপ্না হায়রকই।
"ইমোম লাইবক থীবীসে মতারোই ময়াম লোয়ননা
তরা চাক্লুক অমত্তং চামিন্নহঞ্জখিগে।"
"'ঙম্বা মখূৎ চল্লবা মুজা মাবু করম্না
শিন্নগনি নখোয়দা পনবা য়াদ্রে পূরনি।"
য়াৱা খোঞ্জেল কল্লপ্না প্রানামসিংনা হায়রকই
"সনা কোম্নুং য়োৌরগা মবুক পেন্না পীজনি।"

+ + +

"কায়নরসি ইতাশা" মতাশিংদা চিংনা য়েং
মিৎলু পিরাং ঈরোইনা অরোই' বিদাই নিরক্লে।
"পিশক পীক্লিঙৈদগী লাইবক থীবী মুজানা
ইতা নরক তিল্লকপা ৱাহৈ কারন চন্নখিবা,
খোয়থা লিম্থা লৈরম্বা লুখ্রাচাদি লমহেনবীনি
ৱারক্তবী চীংগাংবীনি অয়েক অৱান ঙাকপিয়ু।

তাইবং পুন্সি পোলোইদা মৈতান্ন ব্লাখৈর'ফাওবদা
কাউঙমদবা ব্লাখন্দো নতা ঐদি খঞ্জদে।
খল্লু-খল্লু' কাউঙমদে খোয়দানবী ইতাশা
চহী' কুম্মে হরাউদা নতা ঐবু কাউবি'নু।
কুমগী মতম ওইবনা নিংথমখাস্তু ওইরক'অনি
শীনৌ লশিং উরক্কনি কপত্রেং মিকপ তারক্কনি।
শিন্নাইরেং থানদুনা তরেং লৈকাই কোয়নবা
লংদুম মশীং তান্নবা থম্বাল ঐদি য়াওররোই।"

মতম্নদি ওইশিল্লক কপচৈ চোংজৈ কান্নদা
মুজা লাইবক থীবীনা ময়াম পূম্বাবিদাই ওইনা,—
"পলেম ইমা পূকফবী নচা ঐবু থাদোকপিব্লো'
"চেগী ইবুংঙো নান্না খম্বা লৈহোব্লোকো 'চেগী তম্ফা!'
'ইমা ইন্দোন ইচেম ইনেম লেংমান্নবী ইতাশা·
লায়রকোনসে লৈকাইনা য়েংবিয়ুকো খরা খরা।
অরোইবদা নিজবি থম্বাল লাইবক থীবীনা
মৈতৈচনু শেংল'দি—ঐগী য়াইবী কৎলগা,
মৈতৈ ইমা লৈবাক্লা মুংঙাই য়াইফ মরাং কায়
মরা তপ্না পানসনু অরোই বিদাই নিজবি।"
চৎখ্রে থম্বাল চৎখরে—ওন্ন থোইনা কপ্নবা

## থম্বালম্ শৈরেং

য়েংনা য়েংনা চৎখরে পুন্সি লমথুং য়ৌনবা,
য়াইবী থরায় মাংগনি খংনা খংনা চৎখরে !
"'মাগী ইমোম ইবেম্মা লাংলেন মচা খোইবীনা
কবো শেম্বী মীরৈপুং তুমুন্নাকপা মকাদা,
মুংশি মগুংলাং'দমক লোইদাম কয়া থাংলুবা
চারু চারু লেল্লুবগুম থম্বাল নংদি খনখ্রমাল্লে।
হল্লক'অরোই অমুক হন্না থম্বাল নংবু চৎখিম্নুনে"
পলেম্মানা তোয়না থাম্বা তানা তানা চৎখরে।



ৎশুবা শৈশংন

## মতাংবা

থম্বালম্মুবু পুখরে—সনা কোম্মুং য়ৌরদুনা
নিংথৌ সনা থুয়াখাদা প্রনামসিংনা হঙ্গৎলুই।
সেলুংবা মপাও তাবদা লাইনিংথৌনা হায়রকই—
"থাবম লাকপা অচানবা মশানা য়ানা লাক্লবী,
ইমোম শকপী মুজাদো মাগী চেংলৌ উনীংদ্রে।
নিংথৌ ঐগী ইনাক্তা অমুক পুশিল্লক্'মু
'চাগী মশক উবদা থম্মোই পুবা য়ারব্রোই।
লৈবাক্কীদমক ফনবা ঈরাৎ থৌরম কায়দনা
নংনা শোয়দনা পাঙজরো 'ঙম্বা মনীং তমজরো।"
সনা য়াথং পীখরে—হয়েং ইম্মুং ঙানবগা
চীংঙু ঈরাৎননবা থৌরমপূম্বা লাংথরে।
মতাং অসি য়ৌরবদা হায়ন' মুমিৎ ঙাইখ্রবা
শরী পন্দোন লোম্নখ্রবা মুহোনসিংদি কমদোরি?

ওস্থোকইদা মুহোনসিং নংগী থম্মোই মনিদি
চেল্লাক চেম্ফোইনখরে নংদি করম খাংহৌনি!

× × ×

## হায়রম্মীদো মহাক্না 'কাউঙমজদে ননাওনা!'

—:( ০ ):—

(পাখং আশা লৈকোন্দা চীক্লা লোম্না থাজবা
লৈরাং লৈশাৎ তম্বদা মুমদাংরাইগী তাঞ্জাদা,
মালিন পম্বান লানখিবৈঙে খোইমু কনা উন্দ্রিবৈঙে
লৈরাং চারা ফুকতুনা হূদুনা পূগে খনখ্রবোই!)

অহিং তাংলৌ 'থেংবদা লুখুম কাগী ফমজাড়দা
মুহোনসিংদি য়াতারি তাদ খংদবনিনঃ।
'থম্বাল কৌবি মুজানা দোলাইথক্তা তোংদুনা
হাওরৈ খাবু পাংবদা কেনা মোনা চৎখরে!
তুংওইননা মুহোনসিং মুজা মতুং ইন্নরি
ওস্থোকপনি মুজানা হম্না হম্না য়েংলম্মী।
খরা অমুক চৎলগা শুক্র' উমং অমদা
মুজা মাদো মাংখরে লম্বী মফম খংদরে।'
অস্থুম তৌনা মুহোনসিং খোয়েন মংলানচাদুদা
অরা খুদম উৎলরে রাশক পরৈ থোক্তোরে।
'মুহোনসিংনা মতুদা হম্না হম্না কৌরক্রে

থুম্মকত্র'দা নুজানা কৌনা কৌনা তান্নখ্রে।'
ঙাইহাক অমুক লৈরগা ঋাংল' চাংদোন তমদা
মুহোনসিংনা কারম্মী থম্বালনুবু কৌরম্মী।
অপাপ্পদ'ই নুজানা—চেংলৌ শক্তি উবা লৈতে
অপা-খোঞ্জেনা লাউবগুম মুহোনসিংনা তারম্মী।
"শাবী 'বুংঙো মুংশিবা নংদি লমদম তামহোরে
ননাও লাইবক থীবীদি তাইবংদগী পল্লান্দোরে।
মুংশি সেবা তৌদুনা পুন্সি লৈপুন ওইনীংবা
লাংওন মপোকসিমগী ফংলোইদোরে পাম্মুবা।
শাবী শানৌ লাইবক্তা লৈপুন ওইয়ু তমদবনা
নীংবা কায়না চৎচরে মুংশি বিদাই লৌদনা।
পুন্সি ঈপাক ঋাংমলান লৈরাই পন্থক য়ৌরফাও
থম্মোই খোইরী নংবুদি কাউজদেকো ননাওনা!"
মুজা উদ্রে মুহোনসিং অঙাওবগী পান্দমগুম
কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংলক্লে মিৎলু ঈরা চেন্দুনা।
খোঞ্জেল 'মনা অমুকসু মায়গৈ সিনি থাঙমদা
'ইতাও ইতাও' হায়দুনা তোয়না তোয়না কৌরক্লে।'
মুহোন তাইবং মঙফাওনরে ওক্ল ফুক হৌগৎতুনা
ঙাইহাক ঋাখল তৌরক্লে-'কব্রি মঙনো অসিদে!"

* * *

ঙসাই তোয়না কৌখিবা 'ইতাও-ইতাও' হায়বদো
হৌজিক ফাওবা কৌরক্লি থোংজিন দারী মনাক ওইনা।
মুহোনসিংদো থোরক্লে-কনানো হায়না য়েংবদা
মরূপ্লোইদো ওইরম্লে—করি'ই ওইরিগবা তাল্লক্তা!

* * *

"অহিং অসুপ থেংখ্রবদা মুহোন ঐগী ইনাক্তা
মরূপ্না রানা লেংঙকপবু অরা অনা করম্বা——— !"
"ওম্মোকপনি মরূপ্লোই করম হায়না পাওদমসিগে
তাদ্রিবরা মরূপপ্লো থোক্লি থৌদোক অসিবো ?"
"করি তৌরবগেনে ইতাও ঐদি তাদরি"
অরা চঙরূডুনা তফিং তফিং হংলক্লে।
মান্যসিংনা হায়রকই তপ্না তপ্না—"মরূপলোই
থম্বালনুদো—কাখরে ঙসি য়াচংঙকপদা——————।"
"করি হায়বা মরূপলোই কনানা করম ফাখ্রিবা
ঐগী ওইগী তম্ফাবু করমতৌনা লাকখ্রিবা ?"
"পুকচেল খোয়বা প্রনামসিং" "প্রনামসিংনা ফাখ্রবা—?"
মুহোনসিংদো শাউবনা লরাই লুতোন কাখরে!
মান্যসিংনা হায়রকই "তপথবিখো অমুক্তা
রারী মুন্না লীজগে ফাখিবগী মরমদো।"

"প্রনাম মদোম লাক্কেদো নিংগৌ মনাই অচাম্বা
অঙম অথৌ লোয়নবা লায়রকোন্দা লাকপনি।

# থম্বালশু শৈরেং

থম্বাল মাবু ওম্নোকপনি নিংথৌ সনা য়াথংনা
ঈরাৎ থোরম অমগী কৌথৎপনি হায়রম্মীনে:"
"কয়ম্বা ঈরাৎ থৌরমগী সুজা মাবু কৌথৎলিবা"
খংনাংবনা খ্রো-খ্রো-খ্রোৎ হংজিল্লক্লে মুহোনসিং।
"হাওরৈ খানা পাংবদা চী ঙু রাংব্রেল ঙাওদুনা;
লৈশাং খিংঙেল কায়রবদা থিংঙেল থিংবা য়াত্রদুনা;
'সুজা ঈরাংল্লগা থিংঙেল থিংবা য়াগনি'
পেব্যা পণ্ডিতনা হায়দুনা সুজা মাবু পুখিবনি।"
মপুং ফানা বারী অসি মুহোনসিংদা লীদুনা
মান্যসিংনা তাহল্লে সুংঙাইতগা লৌয়ননা।
মুহোনসিংদি মঙ্গুম্রে ফমজাউদগী থোরক্তুনা
মপান য়োৎ ফাওবদা তাইবং মঙফাওনরক্তি।
বারী মথা শাংথদ্রে হোগত্তুনা মুহোনসিং
ইমুংলোমদা চংখরে থৌরাং লোইখ্রে নিপামচা।
ইমুংদগী থোরক্লে-"লৈবা য়াদ্রে মরূপ্নোই
ইতাও এহাক খাল্লম্রগে মরূপ এহাক পনবা য়াদ্রে।
হায়রম্লগা মুহোনসিং চরৈ কিশি তাথত্তুনা
থরূপ থাদুনা পাইখরে সুংশি রাথম্না ঙাওদুনা।

\+ + +

## ৭ শুবা শৈখন।

### লৈশাংখোং

— (০) —

লৈশাপাম্বা অথোবগী লেৈয়ে ঈৱেন ঙায়োকখোং
মৈতৈচম্নু থম্বালম্নুগী য়াইবী থরায় কৎনখোং.
তাংথক নাইদ' লাইজনা খোংনা লাউনা চেম্থৱি
অকিবগী মতৌ ওই ঈশিং' পূম্নং লংখরে।
পেংবাকাবী থিংঙেলগী লালুয়ানবী খোংয়াদা
মুজা তপ্পা কূমথরে মায়গৈ লৈনা য়েংলক্লে।
মুজা মতৌ উবদা লৈবাক প্রজা অপূম্বা
মিপাই থাবাইনরক্লে শ্বাই শ্বাই তুজুংনরক্লে।
ইনুং ঙানবা কোরৌস্নু মুজা'ই বলি য়েংহৌদ'ই
চীক্লা ঙম্না থোরক্লে নোংপোক মাইগৈ পাংবদা।
অথাপ্পদা চীংশাং কয়া তুমিন তুমিন য়েংলক্লে
পামেল উজাও কয়ানা চীক্লা চপ চপ লেপখরে।
পোম্বী চেক্লা কয়ানা মঙ্গল ইশৈ শক্লক্লে
নোংদোম্থকী লাইয়াম্না পিরাং তপ তপ শিম্থৱি।
চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ থম্বাল মতৌ উবদা
লৈরাং থাংবা ঙমদ্রবোই মালেমথক্তা হীকথরে।
লৈবাক চোম্না তিনখরে—পলেম মানবী কয়ানা

## থম্বালনু শৈরেং

থম্মোই পুবা ঙম্নদে-পম্হৌ মানবা কয়াস্ত।
লেংমাম্নবা কয়ানা মুংশি মুংশি হায়নখি
পাখং ওইবা কয়ানা পাম্মুই পাম্মুই শোম্নখি।
লোইবী চীংমাই কখাদা হাজং চাবা শরুপশিং
তিংগোই হানৌ থংখিদ্রে মুজা'ই মতৌ উবদা।
ঈথরা খোঙ্গেল পীরক্লে—"কপোকখো নৈজ'পুম্বা
নংগী হায়বা থাক্তনা ত্তাইবংপানসে মাগী ঙাক্লি।"

\+ \+ \+

মুপীচাগী থম্মোইদা নীংশা নীংহম্নবনা
লিপ্থোইঙম্বী ওইয়ু তম অকন'থৌনা হাপথ্রবোই
"নৈবাক প্রজা পুম্নমক মৈতৈ'মানা রাবদা
মচা ঐখোয় কয়াগী অরা শরুক ঙাক্তনি।
লৈবাক মাংব'ই মহুত্তা মুজা য়াইবী কৎলগা
কোক্কদবা লৈরবদি ঐগী লাইবক ফবনি।
মৈতৈ প্রজা খিবিক্কী নহুৎ নরেং শিন্দুনা
চনু'ই য়াইবী কৎখ্রগে ঐগী শরুক খন্দনা।
লায়রকোন্দা পোকপীনি লুখ্রাকোন্দা চাউবীনি
মীরম্লেনগী মুংঙাইবা মুজা ঐদি থংজদ্রি।"
তিম্নরিবা মীয়াম্না মুজা পূকচেল উবদা
মৈতৈ পূকচেল অসি ওইরে থাগত্তবা ঙম্নদে।
"লাইবক ফবী থম্বালনু পোইরৌ পাম্লান চিদাইদা

# থম্বালনু শৈরেং

তোমথিন শাংপী শীংখ্রলগী মৈতৈকদন্ অশাংবী'
প়ূকচেল চাওবী নহাক্লা মন্থুং মতম চাদনা
মাংগদবা পাম্মুইদা কল্লকইদা কল্লকই।
থরাইমিগা কোন্নবা হকচাং পোলাং অহুঁদ
তাইবংদগী মাংখ্র'নি য়াইবীমের' মূত্তুনা।
শিদ' নংগী কোন্সেয়দি মুজ্ঞা লীচং মীংখৈদি
মতম কয়া কূইনা শাংনা মৈত্রবাক্লা কাউররোই।
থৌনা ফবী নংগুম্বী লিঙ্খোইওম্বী কয়ানা
মৈত্রবাক্তা পোকতুনা-তুংগী য়াইফ থল্লবী,
মৈত্রবাক্লা ব্রাবদা শয়েং পাম্বোম তিংদুনা
চোংথোক্ল'দি লৈবাক মাংদা লাকচবিম' লৈম্মোইদা।"

ঙসি চত্তোয়ে থম্বালনু
তাইবং পুনসি থাদোক্তূনা
মাগী ফজবা চেংলোদো
ঙসি উবনা লোইরঁনি।
ঙসি তৌনবা বিদাইনা
অরোইবা বিদাই ওইরঁনি
খোংনা মেঙ্লবা হকচাংদো
ঊপাকয়াইদা তিনথ্রগনি।
হে মৈত্রাকী চনুবা

### থম্বালম্নু শৈরেং

লাইরেম্বীগী শায়োম্বু
মীরম্লেন্দা লাংওনবীও !
ওইজ ভানবা মীওবইদা
ভম্বীরম্লে লাইরা অমা
'অপাম্বা নংগী থাদোকউ'
নহাক্কী শিম্থা পাংদুনা।
ওইজ রাখল থাদোকপীও
মৈত্রবাক্কীদি মনিরৈ
মৈতৈচন্নু কয়া কয়া
নংবু কাউরে ঙসিদি।
মৈত্রবাক্কী লৈকোনসিদা
থাইনগী লৈরাং শাত্তরে
মীরম লৈরাং চগম্নবী
লৈকোন অসিদা শাৎলরে।
মীরৈবাক্কীদি খোইমুনা
লৈকোন অসিদা ঙংলরে
মৈত্রবাক্তা শাৎচরম্বী
লৈরাংগী লৈশক হোংখরে।
অনৌবা পাম্বা জাতিওই
মমা লৈমা কাউথোকখরে
মৈতৈ শাইগোম্মুং অসিদা

থম্বালনু শৈরেং

হৌংশা লীচৎ থাখরে।
লোইবী লাম্না পাইরক্কুনা
লল্লানবা কয়া তিল্লরে
মীরমগী চেল্লা কয়ানা
মথোদি পোগুনা খোংলরে।
ওন্থোকপনি লৈত্রবাকসে
অশি অনৌ শিন্নখরে
লৈজরম্বা মরল কয়া
মতম ঈচেন্দা তিনখরে।
ইমাগী ফজ' চেংলোদো
ওসি নৌনবু মাংখরে
মচা ঐখোয় খিবিক্লসু
ইমানা হায়বা ইন্দরে।
মীরম মচা ফনবতা
ঐখোয় পূম্বনা হোৎনরে
অমত্তা ওইবা রাথন্দে।
থম্মোইশুংদা চেন্নদরে।

## খিংজেল খিংবা।

“ঙসি গুরু পুন্সিবা চাংঙ্ ইবুংঙো অঙানবা
পাপচেন্নবা ননাহান সুজা হথো পাঙ্জবা,
অকায়-অপন পীবিসু” নোংপোক মায়গৈ ওন্দুনা
লাইজ খুজোক কন্দুনা থম্বাল সুমিৎ খুরুমজৈ।
“নোংপোক নিংথৌ পান্থোইবা ইমা লৈমা পান্থোইবী
নশাইকোনগী সুজানা অথাপ্পদা খুরুমজৈ।”
মায়গৈ ঙাকপা লাই তন্না থম্মোইসুংদা নীংজনা
মথংশিংনা খুরুমজৈ-ঈন্নাই লৈমা খুরুমল্লে।
“হা গোবিন্দ ইবুংঙো অতোনবনু লানবিবা
ননাই লাইবক থীবীনা চরনথাদা খুরুমজরি।”
অয়োইবদা সুজানা রাংত্রেল থাগোম্নরক্রে
ওম্বোকপনি তাপ্পাসিদা খোঞ্জেল অমা তারক্রে।

“হা ইবেন্মা সুংশিবী পাখং থরাই ওইরিবী
রাংলেন মিকুপ অমত্তং পাখং লাক্রে ঙাইরমথো।
থরায় নংনা চৎখ্রগা পাখং ওইবা হকচাংনা
তাইবংপান্দা করম্না কনা য়েংতুনা লৈহৌনি।

ঙাইরমখো থম্বাল ঙাইরমখো পাখং য়োরকফাও দ
মুজা য়াইবী কম্নবা পাখং য়োরক্কদোয়ে।"
মাঙ্গ খোনকুম তাবদা মুংশি রাথল নোহোনা
থম্মোই থম্মোই শিম্নরমদাই রাথল লংজিল্ল লোৎখয়ে।
থম্বাল কয়ম তৌগনি থম্মোইমুংদা লাচ্চবা
মাগী পুম্নমক্কি থঙ্গরবা-মুংশি খোংগুন লীরক্লে।
পাখং য়োরক্লবদা "চীংগোই পাওজেদনা
পুন্সি বিদাই লোয়না মুজা কম্নন চেন্নি।"
থনফম 'তৌকম থংদনা "মুংশি রাথম্ন ঙাওদুনা
থম্মোই খুত্নুম শুরক্লে ইকাই ই'ক খংলকত্রে।
"ইপা ইপল্ল পুম্নমক "থাম্নদা এবু কৌদুনা
চেন্নরিবা পাখং 'অসে মুজা এগী চান্নবনি।
ইশুংলাংগী ঙাওদুনা এগী খোংগুল লীরক্লে
থম্বাল ইনাক য়োম্নকত্রিডে মুজা য়াইবী কৎখ্রগে।
পাখংনা এগী ইভুংদা কায়ন রাথম্ন ঙাওদুনা
য়াইবী মাংগে লোম্নাংল'সু লৈবাক্তা মাবু কনবিয়ুকো।
পাখং য়োরকপা ঙাইরবোই মুজা:ই নিংবা কায়রনি
মুংশি চেংলৌ উপ্রডে মুজা লোম্না চৎখ্রগে।
অরোইবদা মুজানা 'মৈতৈচন্নু 'শেংল'দি
মপোক লাংঙন অমদা হৈবোং ওইনা হোরক্নে।
পামেল ওইনা ম্লাংওল্লগা 'চহক্লিমজা কয়া চুপ্না
মৈত্রবাক্কী কুম্মেদো ইমিৎ পেম্না য়েংলখিগে।

## থম্বালনু শৈরেং

মপোক লাংওনসিমগী মুজা ইখুৎ লোপ্পনা
তাইবং পুম্বা নীংশিংনা অরোই' বিদাই নিজরি।

\+ \+ \+

"চীংঙু ঈম্বাই নিংথৌও ননাই মুজা তোল্লবীনি
পাঙল শোনবী পংলবীনি লৈজদবীসুনি লায়রবী।
লুপ্পাকোনগী লমজানা য়াংত্রেল নংনা পেল্লবা
মুজা ঐগী হকমদা কচ্চনাংঙাহ লেজদে।
লায়রবী ঐগীদি থরাই হকচাং নত্তনা
নংগীদমক হায়দুনা করিমত্তা য়াওজদে।
মিৎকী পিরাং ঈরোইনা থম্মোই অসি কচ্চরি
মৈত্রবাকী অরাবা কোকহনবীয়ু থীন্দনা।"
অসি হায়না মুজানা মথুৎ অনি লোম্বরে
হাওরৈ থাবু ওন্দুনা মিৎলু অনি উইশিল্লে।
মতম তাপ্পা ঙাইরকপা থকলোমদগী ঈথক্না
ঈপোম চাউনা তকথরক্রে মুজা লুতোন থংমরেথ।
ঈথক ইরৈ অমন! লাকশিনথরে মুজাদো
লৈবাক থুপ্পা হৌদুনা থিংঙেল পপ্পাও লৈনাপখ্রে।
তিল্লরিবা প্রজাশিং মুপী অঙাং থাক্তনা
থম্বাল আত্মাশান্তিগীদমক লৈরাং থুজোক কৎনখ্রে।

# কনান কনবা ওমগনি।

—ঃ( ০ )ঃ—

ঈথক ইরাউ তপথরে তাইবং খোল্লাড অমদি
নরু অসুম তারক্লে লৈবাকপূম্বা ওরুরে।
করম্নোনে করম্নো কায়ন মৈনা চাক্তুনা
মুংশি রাখন্ন ঙাওদুনা হোৎচিল্লক্লে, মুহোনসিং,
লৈবাক প্রজা কয়ানা 'তপথো-তপথো' থেমজিন্না
লম্মখাংদা মুহোনসিং ফাজিন্দুনা থমখরে।
"লৈবাক প্রজা পুম্নমক ঐবু 'মুক্তা থাদোকপিয়ু
করিমত্তা তৌজরোই ঐবু চিংনবীগনু।"
অসিফাওদা মহাকপু থাদোকপিবা লৈখিদ্রে
উপাই লৈত্রে মুহোনসিং লাংদা থু'গুম লেংওমদ্রে।
"খাবম লাকপা মরূপলোই ফজৈদকো নংগী থৌশিন
লৈবাক য়াইফ খনবদা পূকচেল তিংবা নংদনি।
পূকচেল নংগী উবদা থাগত্তবা ওমদেদো"
চীম্বাম্থোংদা মোমোম্মোক ওনশিল্লক্লে প্রনামদা।
"লৈবাকী রাবা কোরুবা নংগী থৌশিন উবদা
মুংঙাইরেদা মরূপলোই থাগচ্চরি হন্না হন্না।
মরূপকী খুদোল ওইনবা পান হৈরাং খরদং
পুজরক্লি লায়রবনা লাঞ্জনীংই অতুবু,

লায়য়রবগী ইত্তৌসিদা লৈবাক্কদি চিংনবিরে
কৈদোৌবগে মরূপলোই থাদোকহল্লু 'মুক্তনি।"
নাপল চাউবা প্রনামসিং লায়রবা মপাও তাবদা—
"মুংঙাইদকো মরূপলোই লাও লাও কোন্নসি।"
মরূপ'নিদো কে'মখ্রু রাংলে মিকুপ' মতুংদা।
কমদৌথি'নো খংহৌদে প্রনামসিংনা 'আ-া-া.-'—
শোনকম কায়না লাউরক্লে—পান হৈরাং ইন্দোবোই
নাকপংদগী ছুরীনা থবাক ঈরম ফাৎখরে।
"নিংথৌ মনাই অচানবা থবক কনথা মীহিংচা
মুপা হাৎপ'ই মনানি নবুক পেন্না চাহৌরো।"
হায়রম্লগা মুহোনসিং থম্বালথোং তম' চেনখরে—
"রাংলেন মিকুপ অমত্তং পাখং ঐবু ঙাইরমখো।"

+ + +

"আঃ ওম্থোকপনিদা থম্বাল,—

ঙসিদি অনৌবা পুনশিগী য়াওন্দা
কায়ন-মৈরিনা চূরবা ঐগী থম্মোইদা,
অরা ঈপাক্তা তাউবা পুনসি' রাংলেন্দা
উরম্মীদো নংবু ঐনা ঐগী মণ্ডলান্দা!

থম্বালশু শৈরেং

শেংনদনা মুংশি ফিগৈ মতম চানা
লম্মখাংদা লৎনপুনসি ওইনদুনা,
তৎনদুনা তামথ্রবদা উন-উন
নীংশিংলুবা কম্বিগীনো অরেম্বদা ঐনা ?

ওলাংথাগী য়াক্লবা মুংশাগী মৈচাকপুসু
ইংহনগনি'মুক নোংজুথাগী লাইজনা মালেম্ব,
নীংবা কায়না তত্তনা মানা কপচবসু
নোকহল্লি শরৎকী-থাদা নৌনা 'মুকসু।

ইপোমহৌনা নিংখিবা থারন্দা শরৎকী
ফমদুনা ইংলবা মথোংদা মালিকা পাম্বীগী
শকখিবদো ইশৈ'মা নোকমিনা মুংশিবগী
তত্তনা ঙংলরি খোঞ্জেন্দো নাকোংদা ঐগী।

অরা পুনসি লেল্লুবা নাকেম্থাগী উপান্দা
য়েম্নীং হুল্লকই 'মুক নৌনা বসন্তদা,
ঙসি ঐগী কংথ্রবা থম্মোই উপবন্দা,
শাজ্রে লৈরাং লৈকা ফম্না 'নৌবা বসন্তদা।

থম্মোই-ফৈরাদা তোংদুনা ননীং তৌনা
মিকূপ থূদিং খোংলম্বদো নথৌপোওনা
থম্মোই পান্দবা সুংশি হৈতভব'ই তেনবু কিদুনা
চেক্লাগী কায়দোংফম হোংখ্রমাল্লে কিদুনা।

অওকপনিদা তাইবং মওলানগী পুনসি
প্রলয়গী প্রতাপকুম্নবা থাবন্দো শরৎকী,
খল্লুরগা হেম্না চাকই মৈচাক্লা নিংওমদ'গী
নিংশিংলকইদো থম্মোই মরুভূমদা সুংশিগী।

মিংশি তাশোল ফংলবা সুজাগী থম্মোইদা,
সুংশিকৈতব'ই তেম্নমুক পাল্লবদি মওোন্দা
হিংবা য়ার'নি খন্দুনা নংগী পুন্সিদা
খনখ্রেদনা প্রেমগী মালা থদৎলগে হায়না।"

"ওাইরমখো থম্বাল পাখংবু লাংওল মপোক অসিদা
মংগীদমক হিংবনি সুংশি নশুংলাংগীনি।
সুজা নংনা মমখ্রগা পাখং ইদোম হিংওম্মোই
পাখং লাইবক থীবস্থ হৈনা নতুং ইল্লকে।"

# থম্বালনু শৈরেং

লায়রমচা মুহোনসিং থম্বাল মশুং লাং'দমক
থম্মোই মতা ফবদা পাখং খুদোং ছুরীনা,
অমন থরে চনখরে মুংশি মতুং ইনখরে
তিল্লি' মীয়াম অপুম্বা মুংগী মতৌ ওইখরে।
থম্বাল'মাস্থ য়োৱক্লে য়েংহৈদরে মতৌদো
মমিৎ মমাই ইপোম পোম য়াম্বা খোঞ্জেল থোক্তরে
"'মাগী লাংলেন চরেহন লাইবক থীবী ইচানা
করি মতৌনো তৌরিসিবু 'মাদি হিংবা ওন্মরোই।
ইমোম নশুংলাং'দমক মীগী মচা চেম্নরেদো
ইমাবুস্থ লৌরবো—" কপ্পা কপ্পা তেংথারেদো।
অহল লমন খিবিক্লা থম্বাল পোকপী মমাবু
হম্না হম্না থেমজিল্লি—"করি' অমুক কপ্পুরি,
থাদোকদৌ' পুন্সিনা লৈরিঙৈগী মতমদা
থাদোকপা ওম্বা 'পাম্বা অতাওবনি মহাক্তো।"



লোইরবা।

# চুমথোকপা।

| লমাই | পরেং মথক্রোমদগী | অরানবা। | অচুম্বা। |
|---|---|---|---|
| ৪ | ১০ | য়ুমথক'মা | য়ুথক'মা |
| ৬ | ৯ | ঈহৌগা | ঈহৌনা |
| ৭ | ৫ | লমদম | লমদন |
| ৯ | ১৫ | মমাইদমক | মশা'ইদমক |
| ১০ | ২০ | নোংজাও | নোংজাকাও |
| ২১ | ৭ | লাতোল্লাম্বা | নাতোল্লাম্বা |
| ২২ | ৫ | অকেমকাত্তা | অকেমফাত্তা |
| ২২ | ২২ | লাকচরগবনি | লাকচরগদবনি |
| ২৭ | ১৪ | লৈপোম | লৈপোপ |
| ২৯ | ১৭ | পুংউয়োল | পুংঙয়োল |
| ৩০ | ৮ | লৈনাক | লৈবাক |
| ৩০ | ১৫ | ফগবা | ফগরা |
| ৩১ | ১৭ | মবুংঙো'মা | নবুংঙো'মা |
| ৩৩ | ১০ | নীবুংঙো | নবুংঙো |
| ৩৬ | ১ | থুংলমদগুম | থুংলদগুম |
| ৪৪ | ২ | তানবা | তানরা |
| ৪৪ | ৩ | ওইনবা | ওইনরা |
| ৪৮ | ২০ | চীংঙ | চীংঙু |
| ৫১ | ৯ | ত- | তা- |
| ৫১ | ১১ | হায়ত্রবু | হায়দনবু |
| ৫৮ | ৮ | লনম | লমন |
| ৬৬ | ৩ | কাউঙমজদে | কাউজদেকো |
| ৬৯ | ৭ | সুজা-ঈন্নাৎগা | সুজা'ম ঈন্নাৎলগা |
| ৭২ | ২০ | মৈত্রাকী | মৈত্রবাকী |

